# "অনিশুবা
# লাঙ্গাও মতুংগী মনিপুরী উপন্যাস
(১৯৫৯ ফাওবা)"


## এস, চাউবী দেবী

মনিপুরী ল্যাংগ্বেজ অমসুং লিটরেচর।
জবাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টর,
ইম্ফাল।



১৯৭৪

# “অনিশুবা
# লাঙ্গাও মতুংগী মণিপুরী উপন্যাস
## (১৯৫৯ ফাওবা)”


## এস, চাউবী দেবী

মণিপুরী ল্যাংগুয়েজ অমসুং লিটরেচর।
জবাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেন্টর,
ইম্ফাল।



১৯৭৪

# Dissertation on

# Manipuri Novel After the Second World War Till the 50s."

Submitted in part fulfilment of Requirement for the Degree of Master of Arts in Manipuri Language and Literature.

By.

Km. Soram Chaobi Devi
Enrolment no. PGC/127/72.
Jawaharlal Nehru University,
Centre of Post Graduate Studies
Canchipur, Imphal.

Km Soram Chaobi Devi Enrolment no. PGE/127/72 Worked under my guidance on "Manipuri Novel After the Second World War Till the 50s."

Km Soram Chaobi Devi has fulfilled all the necessary formalities in respect of her present dissertation.

E. Dinamani

(E. Dinamani Singh)

Asstt. Proffessor, Manipuri Divn.
J. N. University, Centre of Post Graduate Studies, Canchipur,
Imphal.

Imphal,
the ..th Oct. 1974

## ৱাহৌদোক

পাঙ্খৎচবিরা প্রোজেক্ত অসিদা অনৌবা মনিপুরী সাহিত্যদা অনিশুবা তাংকক লানশিল্লকই হায়না লৌবা য়াবা অনিশুবা লানজাও মতুংগী উপন্যাস থর লৌখৎতুনা নৈনজরি । অনিশুবা পৃথিবীগী লানজাওনা পীরম্লা ঈখিনানা মরম ওইদুনা মনিপুরী সাহিত্যদা অওনবা খোঙচৎ অমদি লাকখ্রে । খোঙচৎ অসিগী মতুং ইন্না ত্রগী প্রোজেক্ত কী ওমখৈ ওইনা লানজাওগী হেক মতুংইদগী শোক ১৯৫৯ ফাওবগী মনুংদা লৈবা ~~মনিপুরী~~ মনিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসকী শক্তম নৈনজরি ।

মনিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসকী মরমদা ত্রনা নৈনজবিবা মতাং থর অসিগী হৌবকপদা পল্লেপকম থংদ্রিবা মওংদা লৈরম্লানা সাহিত্যগী মায়কৈ বোমদ্দদি ইখিনবা অমসুং পাখিনবা অনিময় ইৱাং ৱাংপা মতমনি । অদুবু মতম থবা অসিগী মনুংদা চাওরাক্লা কাংলুপ অমমমগী মহুৎশিনবনি হায়না লৌজবা উপন্যাসকার মখং শিংনা শীতলজিৎ, আর, কে এলাংবা, এল বাগ্রসিং, হিজম,গুন হায়রিবা উপন্যাসকার মরিগী উপন্যাসশিং ' ইমা' ' বোহিনী ', ' জাৎ ওনবা ', ' নমন ' অসিনচিংবা উপন্যাস মওাথক পাঙ্খৎচরি ।

L. Ram Singh

প্রোজেক্ট অসি তাওকক মেনি খোক্লা খায়দোকচরি। অহানবা তাওককতা অসেনবা যুগা মণিপুরী উপন্যাসকী ইতিহাস মতেক অমা শমলপ্লা নৈনজে।

মথংগী অনিশুবা তাওককতা খনগৎচরিবা উপন্যাসশিং অসিদা চৎনরকলি বা উপন্যাসকী পোৎচংশিংগী মিৎয়েংদা মথং মথং নৈনজরি। অককনবা মতম অসিগী মনুংদা হায়রিবা উপন্যাস মঙা অসিনা লোয়ুরে হায়বগী রাফম নৎচদে, খনজরুবা মরু ওইবা খরদং পায়খৎচবনি। লেমহৌরিবা অতৌশিং অদু দি অমং নবা মতম ওইবা নৈনবদা থুয়েনবা অসিনচিংবা থু দোংচাদবা কয়াদগী দোকচরে।

উপন্যাস হায়বা বিধা অসিগী সমালোচকশিংনা অমতা ওইনা য়ানরবা পাৎচং কয়াগী রাফমনা নৈনবগী মু মফম ওইবগা লোয়ননা য়েয়াম্লা মতাংদা ইশাগী ওইবা মোৎ কয়ামরুম লানখোকচে। পায়খৎচরিবা উপন্যাসশিং অসিবু মনুং হনজিন্না য়েংদুনা উপন্যাসকী কয়াটশিংগী নীংখিজবা সমালোচনা অমা লানখোককে হোৎনজকনি। অসিগা লোয়ননা উপন্যাসশিং অসিবু অমম্মতা পুশিল্লগা মমেদা অপুনবগী ওইনা চাংদমনদুনা য়েংনবা লাকনজে। পামজবা মাসিমক তোংদোকপা ওমলবদি হোৎনজবগী মহে য়াল্লগনি খনজে।

## হিরম লমায়

### অহানবা তাঙ্ক



### অনিশুবা তাঙ্ক



### হাপচিনবা

# "অনিশুবা লাঙ্গাও মতুংগী মনিপুরী উপন্যাস (১৯৫৯ ফাওবা)"

মহানবা অঙ্ক

উপন্যাস:-

উপন্যাস হায়বা ৱাহৈ অসি ঐখোইগী নত্তবা অশেংবনিনা ভারতকী সাহিত্যকাবশিংনা ' উ ' ' নি ' ' পী ' ' অসি' খাতু দা অচ' হায়বা প্রত্যয় তৌরগা লোকপনি হায়না খাজনৈ । হায়রিবা ৱাহৈ অসি ভারতকী সাহিত্যগী হৌফম ওইরিবা পুরানুচিংবা কয়াদা উদবা নত্তে । মদুবু চংনরিবা অর্থ অসিদা সাহিত্যগী অখন্নবা বিধা অমা ওইনা ভারতকী সাহিত্যশিংদা মনিপুরী সাহিত্যদা লাকখিবদি নোংচুপলোমদগী * বেদগী মতমদা কৈরম্না ৱারিশিং অদুদগী ৱারেং ওইনা ইখোকপদা ইচেল অনি চেন্নবকই । মদুগী মনুংদা অমনা উপন্যাসনি । অদুগা অমনা ৱারীমচানি ।''

---

* বৈদিক অখ্যান- কীথ ।

তানি চেন্নরকই । মদুগী মনুংদা অমনা উপন্যাসনি অমনা ব্রারিমচানি । অমরোম দা চৎনখিবা ময়মুং চৎনবিবগী মতুং ইন্না ' উপন্যাস ' অসি NOVEL হায়না থংনরকই । হায়রিবা অসি ময়াই চনবা যুগতা চৎন-রম্বা ' রোমান্স ' হায়বদি কল্পনানা শেম্বা নুংশি নুংঙন অমদি অকল অথৌগী ওইবা ব্রারী ... অদুদগী থোরকখিবনি । শোক ১৩৫০ দা 'বোকাচিও' কিৎ কৌবা মেইবা অমনা নুংশি নুংঙনগী ব্রারেং মওংদা ইবা পৃথীবী ফা-ওরবা লাইরিক 'দেকামেরোন ' ( Decameron ) কৌবা ব্রারী অমা ইখি । অমিগী ম্বা ব্রারীশিং অসিবু ইটালি ... লোন্দা ' NOVELLES ' হায়না থংনখি । মতুংদা মথং মথং অসুম থংনরকখিবনা ব্রারেং ওইনা ইবা শৈরেংদা ইবা মওংদগী তোংতাননা তাবা ব্রারীশিংবু থংনরকখি । ব্রারেং অসি-না ময়াম্বগী ওইনা চৎনরকলবা মতমদা রোমান্স হায়রিবা অসিনা পুরান-গী ব্রাহৈশিংবু থংনরকই । মসিগা লোয়ন লোয়ননা ত্রথোইনা হৌজিক ' ফিকসন ' ( Fiction ) হায়না থংনরবা সাহিত্যগী বিধা অসিবু থংনরকই হায়রীবা অমিগী মথং মথং ওইনা মশক গুল্লকপনা 'দেনিয়েল দি ফো 'গী

' রোবিনসন-ক্রুশো ' গী শকতম তসি তারকখিবনি হায়রগা খল্লদু না অসোয়বগী পোৎথোক্লওইনরি । হায়রিবাশিং অসিনা ' উপন্যাস হায়বসি মপাললোম্বদগী লৌশিল্লু বনি হায়বম্বক য়াই ।

W. E. Williams কী মতু ংইন্না * করিগুম্বা কন্নানানশাবা অমসুং শেম্বা থৌদোক রাথোকশিং না শংবং লেং শিল্লবা রারি লিশাং অদু বু উপন্যাসনি হায়রম্মী ‡ " **A novel is a long narrative in prose detailing the actions of fictious people.**" সাহিত্যকাবশিংগী মত মতুং ইন্না উপন্যাস হায়বসি তাইবং পুনসিগী তশেংবা শকতম উৎপা পাত্রশিংগী থৌদোক রাথোকনা মথিক চুমনা য়াওরবা ~~রাবেংশিংদা ইবা~~ ~~খুদক~~ রাবেংদা ইবা রবীন হায়রম্মী ।

---

* **The Craft of Literature**

সাহিত্যদ উপন্যাসকী মফম:-

সাহিত্য ইবগী মক ওইবা উদ্দেশ্যাদি অপাবাশিংদা ফজবা, নিংথিজবা অমদি নুংঙাইবা পীবগনি । শমনা হায়রবদা "ধর্ম্ম অর্থ কাম মোক্ষ" হায়রিবা লম্বী মরি অসু অসিবু পীনবা হোৎনবনি মরম অসিনা সাহিত্যগী বিধাদা কবিবা শৈরেং, নাটক, ব্রারীমচা অমসুং উপন্যাসতা হায়রিবা লম্বী মরি অসিবু পীনবা হোৎনবনি ।

হায়রিবা সাহিত্যগী বিধাশিং অসিগী মনুংদা উপন্যাসনা থাইদগী নৌবা বিধানি । অদুবু মনিপুরী সাহিত্যদা চেন্নকলিবা উপন্যাসকী ইচেলদি ইপাল থাগী ওাওনা চেন্নিবা ইচেলগুম্বনি । মরমদি শৈরেং হায়বসি মীওইবগী ব্রাথলবু ফোংদোকলিবা, কালানা থব্রাই ওইবা মওংদা লৈতেংনবা লোল অদুবু কবিতা কৌই । অমুক্তা তায়াম্বনা হায়নৈ । হায়রিবঅসিমক্কা কবিতানা অপাবা অমদি অইবশিংবু হেন্না ব্রাথল থলহনবনা শ্যানিশিং থরদা

নত্তনা অপঙ্ক অশিং অনেম অৱাং পুম্নমকপু কোনশিনবা ওমদে । অমরোমদা, নাটক হায়বসি দৃশ্য কাব্যগী বিধানি । তাইবঙ্গী থৌদোক ৱাথোক অদুগা চপ মান্ননা মতৌ তমদুনা ফোংদোকপা অসিমক নাটককী মথৌনি । অদুগা উপন্যাসনা পানবা ইবনি । তাইবঙ পুন্সিগী থৌদোক ৱাথোকপু মরিক চু-ম্না য়েকপনা উপন্যাসকী মথৌনি । করিগুম্বা ৱারী অমবু উপন্যাস অমসুং নাটকশু উৎপদা চপ মান্ননা উৎপা য়াই । অদুবু মতম পুম্নমকতা অনিশিনা শীবিবা নুংশাইবদি চপ মান্নবা হায়বসি ওইথোকতে । মরমদি উপন্যাসপু পারপা মদুদা য়াওবিবা মী, থৌদোকনাচিংবা পুম্নমক অদো পুক্নিংগী মীৎনা উবা ওম্মী । অদুবু নাটকতদি অভিনয়গী মতেং নত্তনদি অইবনা ফোংদোকলিবা অদু অপাবাশিংদা ফংহনবা ওমদে । মরম অসিনা হডসন্না থা-জরম্বা " উপন্যাস অমসুং ড্রামা অনি অসি অচম্বা চপ মান্নবা মচাক্না শেম্মী " হায়বসি মতম পুম্নমকতা অচুম্বা ওইদে হায়বমক য়াই । উপন্যাসতি, মী-ওইবগী পুন্সি ক্ষয়কপদা পাক্না চাউনা পুনিংবা মান্ননকেদা পুদুনা চরিত্র-চিত্রন তৌবগা লোয়ননা মরক মরকতা [illegible]ইবা মশামক থোকরকতুনা মশাগী মত পীদুনা অপাবাশিংদা ৱারীগী মতুং য়োনা চেনথমিন্নে । অসিদমু নত্তনা করিগুম্বা

দৃশ্য অমবু বর্ণন তৌবদা অমদি চরিত্র অমবু শিংথাবদা পাক্লা উপন্যাস-
কারনা পুনিংবা মায়কৈদা পুবা ওয়্যী। নাটককতাদি মীওইবগী পুন্সি-
গী নোংমদা থোকপা য়াবা থৌদাক ৱাথোকপু পুং অনি অহুমগী মনুংদা
উৎনবা হোৎনৈ। নাটক কারনা ৱারীগী মশাদদি তোংঙাননা লৈরগা অতি
নয়গী মতেংনা সৈমগাK চরিত্র চিত্রন তৌই। শমনা হায়রবদা, নাটককী
দমকতাদি রঙ্গমঞ্চনা মপুংনি। উপন্যাসকীদি নাইরিক মশামকনা রঙ্গমঞ্চী
অপাম্বুশিংবু হৌবদগী লোয়বা ফাওবা চরিত্রশিংগা শকথোকনি। চরিত্রশিংবু
উপন্যাসকারগী থুংৎশেমগী চরিত্রশিংনি হায়বা কাওহন্দনা অশেংবা মীশক
অমগুম্বনা মথোয়গী তাৱা নুংঙাই কয়াদা ত্রথোরসু শরুক য়ানিমন্নে।
অসিদসু নওঁনা পানিংবা মতমদা উপন্যাসকী রস চুপ্পা ওয়্যী। নাটককী
দি অদু নত্তে, অককনবা মতমগা লোয়ননা রঙ্গমঞ্চবু শিল লাংদুনা য়েং-
লিবা ভাবুকশিংমুগী মিৎকী পেন্নবা হোৎনৈ। মরম অসিনা উপন্যাসকনা
শেন ইচং চংদনা ইচম চম্বা মীওই ফাওবা নুংঙাইহনবা ওয়্যী।
উপন্যাসকার MARION CRAWFORD -না উপন্যাসপু মুরিৎথাওদা য়াও
বা রঙ্গমঞ্চনি হায়রম্মী। অপাবসিংগী মীৎতা শক শক উবা থম্মোয়দা

ফাওবা হকচাং কয়াৎ অমদি নুংগী অভিনয় কয়ানা মফম মফমগী অমদি মতম মতমগী লৈতেংলবা শকতম কয়া য়েংনিংবা মতমদা খঙনিংবা মতমদা খঙবা য়াবা, শমনা হায়ববদা পানিংবা মতমদা পা-বা য়াবা উপন্যাসপু ফুরিৎখাওদা য়াওবা রঙ্গমঞ্চনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোয় । বিদ্বান মেরিয়ন ফাকসনসু ' উপন্যাসপু 'পোকেট থিয়েটর' নি হায়রম্মী । হায়বিবশিং অসিনা উপন্যাসনা সাহিত্যগী ঈচেলদা ফম-ফম চাওনা কনুবগী মবম ওইবিবনি । মতাং অমদা হিন্দিগী উপন্যাস-কাব *প্রেমচন্দ্রনা অসুমনা হায়রম্মী ' ঐদি উপন্যাসপু তাইকঙ লি-চৎকী অথুপপশিং বু মথং মথং হাংদোকপা অসিমক উপন্যাসকী মখোনি' হায়রম্মী । মসিনা উপন্যাসকা মীওইশিং পুনসিগা হেন্না নকননা উহল্লি ।

হৌজিককী মতমগী চুনুরবা রারীমচা মতমগী ভেলু না হেন্না নুংরবা মীওইশিং না ভাইহাক শাবদা অবা পোথা ওইনা নুংঙাইনবা পা-নুরবসু উপন্যাসকু পমনা পাক্লা শন্না ইবগী মক্কুৎতা অসুমনা মচং ওইবা থর থরদং ইনুবকপনা উপন্যাসকী নুংঙাইবা মনুংঙাই অদুদি য়ৌবা ওমমদে

---

* [illegible]
* উপন্যাস হায়বা নিবন্ধ ।

লোয়ননা অইবশিংদসু হেন্না লুবা বিষয় অমা ওইহল্লি । পুমনমক অসিনা অইবা অমসুং অপাবাশিংগী মায়কৈদা উপন্যাসনা সাহিত্যদা ইচেল কন্না চেনশিলকলি ; হায়বদা হায়মনবা থোকলোয়; চেনশিলনকলিবামকনি ।

মনিপুরী সাহিত্যদা মনিপুরী উপন্যাসকী থোকহৌ :-

মনিপুর য়েলহৌঙদগী হৌনা মশাগী সাহিত্য লৈজরকলবনি । অদুবু ধর্ম্মগী য়াওন কয়ানা সাহিত্যদসু অনৌ অনৌবা য়াওন কয়া লাকখি। ১৫শুবা শতাব্দীদগী ধর্ম্মগী য়াওন মথং মথং লাকলমুদগী ১৮ শুবা শতাব্দীদদি গৌরিয়বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মপুং ওইরকই লোয়ননা বঙলা সাহিত্য না মপুং ওইনা ধর্ম্মগী লাইরিক ইন্নুরকই । ১৯-২০ শুবা শতাব্দীদা মনিপুর বৃটিশনা লোয়চনবদগী বাঙলী সাহিত্যনা মনিপুরী সমাজগী শিক্ষাগী মাধ্যম ওইরকই । শিক্ষিত সমাজনা মমা লোনবু নুংশিজরকপদগী, ১৯ অমসুং ২০ শুবা শতাব্দীদা ইংরেজী ফ্রেন্স অমসুং রুশিয়ানচিং

সাহিত্যদা উপন্যাসকী অকনবা খোঙহৌ লাকপদা ভারতসু বাঙ্গালী, হিন্দিনচিংবগী সাহিত্যদা উপন্যাসকী প্রাভাব লাকপগা লোয়ননা মনিপুরদা ২০ শুবা শতাব্দীমগী ময়াই চনশিল্লকপদা বঙ্গ সাহিত্যগী মখি তারকপা ওইনা ডাঃ কমলগী ' মাধবী ' উপন্যাস অহানবা থুদোল ওমখি । উপন্যাস অসি অসুপকী মতিক মরীক চুমথ্রে, মদুদি মনিপুরী সাহিত্যগী মনিংমা ওসি ফাওবদা ঙান্নুনা লৈখ্রে অমসুং মনিপুরী উপন্যাস হায়বসি অনৌবা অমা ওইনা থোকত্রে । অপাবশিংগী থম্মোয়দা অইবগী ভাবকী সংসার অদু ওপেং ওপেংনা থোকথুবা থৌদোক অমগুম চপ চানা উহনবা ওমথ্রে হায়বমক য়াই । হায়রিবা অসিমকনা মনিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসকী থোঙহৌ অসি য়ামনা নৌরিবা বিধা অমনি XX হায়বা তাকই । অদুবু নন্দলাল শর্মাগী মঙ দি আদিকালদা ধর্মাগী শৈরেং লাইরিক কয়ানা মনিপুরী সাহিত্যদা লৈরমলে হায়বামরি । অমরোমদা, ইংরেজী সাহিত্যগী ফাওরবা সমালোচক PROF. KATHARINE LEVER না পীরমলিবা উপন্যাসকী শকতম (১) রানীগী মওংনা রারেংদা ইবা ,

---------------------------------------------

(১) ৱারীগী মওংদা ৱাবেংদা ইবা, হায়ফেৎ শাংবা অমদি অপাবাশিংবু অইবগী অনৌবা ভাবনা শাগৎপা ওইথোকপা য়াবা জগৎতা পুম্নিনবা ওয়্বা মওংনি হায়রম্মী । ' ম্বাহাকনা অম্রুকস্ উপন্যাসকী অশেংবা মশক তাকনবা হোৎনবদা হায়রম্মী --(২)'' চীন্না হায়বা শৈরেং শন্দোকনা তাকপা, ড্রামা, অতেনবা ৱারী, তশেং তশেংবা থৌদোক, ওইথোকপা য়াদবদা ভাবনা শাবা, শাজিনবা ৱাবী অমসুং নিয়ম শেম্বা অশিনর্নাচিং বা সাহিত্যগী মচাকশিং অসি উপন্যাস নত্তে ।

✓

---

1. A novel is a form of written prose narrative of considerable length involving the reader in an imagined real world, which is new, because it has been created by the author.

2. Any form of literature which is oral, poetry description, exposition, drama, short, fact, fantasy, fable or forms is not a novel.

হায়রিবা উপন্যাসকী শকতম অসি য়েংলুরবদি নুংশি নুংঙল্লা মপুং ওইবা নোংপোক নিংথৌ অমদি পানথোইবী অনিগী পুনসি খোংফম য়েংলুবসু, অশেংবা উপন্যাসকী শক্তমনি হায়রদা চিংনমনিংঙাইনি।

মনিপুরী সাহিত্যদা অহানবা থুদোল তমলিবা 'মাধবী' আদি রসনা মপুং ওইবা উপন্যাসনি। উপন্যাসকারনা মনিপুরদা স্বার্থত্যাগকী মমি অমতং তাহনবা ওল্লা য়েংগে হায়বগীদমক উপন্যাসকী নায়কনায়িকা অনিদা বঙ্কিমগী 'দুর্গেশ নন্দিনী' অমসুং SIR WALTER SCOTT কী 'আইভানহো' অনিগী মমি হায়কৎ লাকশিন্দুনা ইবনা মাধবী বঙ্গ সাহিত্যনা পীনবনি হায়বদা হায়মন্বা থোকলোয়। নুংশি নুংঙলগী শক্তম পাক্না চাওনা উৎপগা লোয়ননা তাইবংদা নুংশিবগী মফম চাওনা লৈ হায়বা আদর্শ ওইবা শক্তম য়েকপনা উপন্যাসকারগী পনথুংনি। অসুমনা মনিপুরী সাহিত্যদা ডাঃ কমলনা অহানবা থুদোল তমথিবগা লোয়ননা চেনখৎকলিবা উপন্যাসকী ঈচেলদি অরাংবা চীংদোলদগী চেনখৎকপা অওাওবা ঈচেলগুমনি। নহা অহল থাক্লদনা ইদুনা ফোংনরকলিবা উপন্যাস য়েংলুরগা সাহিত্যদা ইচাও অমগা লাকলব্রা থন্নানিংঙাইনি

অহৌবা মতাংদা উপন্যাসশিং অসি লিরি খোইরী ঈচেল তপ্না তৌবকই । অয়াম্বনা নুংশি নুংঙোল ওইনা তৌরম্মী । থু মাবা নাইরিক অইবাশিংগী মনুংদা কমল, চাওবা, অঙাংহল অমসুং ভগ্যাশিংখাবা য়াই । হায়রিবা পু মনমক বঙ্কি সাহিত্যগী শায়োল অকনি । সংস্কৃত সাহিত্যনা মচু হায়রপ লোকপতনি হায়বদা লানফম লৈত্রবা য়াফমনি ।

অনিশুবদা, খ্বাইরাকপম চাওবনা মহাককী 'লবঙ্গলতা' ঐতিহাসিক উপন্যাস মনিপুরী সাহিত্যদা থুদোল তমখি ঘটনাশমপুং ওইরগা নায়ক নায়িকা অনিগী নুংশি খোঙফমনা ঘটনাগা লোয়ননা চেনবা অরা পোলোয় উপন্যাসনি । থাগেম্বা হাক্তককী থৌদোক য়াথোকতা কল্পানানা চাইদুনা ইবা 'লবঙ্গলতা' বঙ্কিমগী 'মৃনালিনী' দ্বিজেন্দ্রগী' চন্দ্রগুপ্তা পুম্বগী মমি নিংথিজনা তাই হায়বা য়াই । অদুবু লবঙ্গ অমসুং লতা মনা অনিগী শৃঙ্গারনা মনিপুরী সাহিত্য জগৎতা ঈথক ঈপোম্ব চাওনা অদুম মহোৎহল্লি । লৈবাককীদমক মশাগী ওইজবা পু মনমক থাদোকপা লবঙ্গপু মা অথৌবা মরেবাক নিংবা পাক্র অমদি নুপী ওইবীগী আদর্শ ওইবা থাকতা থাঙৎকে হায়বগীদমক লতা ম্মাগী পু নসি লানথোকখিবনি

ইতিহাসতদা

মথংদা ভারতকী ইতিহাসতদা নঙনা শিকনবা লৈবাক মনিপুরদা ফাওবা তঙনা খোকলিবা হিন্দু মুসলমান অনি তিন্নবা য়ারকতবদগী তঙনা লৈবাক ঈরাং হৌনরিবা সমাজগী সমস্যা উৎনবা ' হিজম অঙাংহলনা মহাকবী 'জহেরা' উপন্যাস মনিপুরী সাহিত্যদা থুদোল তমখি । হায়রিবা অসিগী মরুদি ধর্ম্ম অমসুং ফিজেৎ চাকচা খেন্নরকপদগীনি । অসিগুম্বা সমাজগী অথুবা মিংমেৎ অসি কোকহননবগীদমক উপন্যাসকাবনা উৎনিংলিবদি জগৎ অসিদা লৈরিবা ঈশ্বরদি অমত্তনি , ধর্ম্মদি তোঙানি, রাখল খেন্নবদগী তোংঙানজবনি ' হায়বসিনি বিশ্ব কবি রবি ঠাকুরনা হায়রম্বা " জগৎ অসিদা ঈশ্বর অনি লৈরম্লবদি অনিগী মুক্তরকপদা জগৎকী মী অমতা লৈরমলোয় ।'' হায়বসিমক উপন্যাসকারনা উৎনিংই । মবম অসিনা উপন্যাসকারনা মহাকবী 'জহেবা' উপন্যাসতা অমাং অশেং তনা থল্লবা মৈতৈ সমাজদা মুসলিম ধর্ম্মবু হঙোইজবী মুসলিম নৈশাবী জহেরা হিন্দু ধর্ম্মতিবু শামজবতা নঙনা হিন্দু শাথং কুনজবিহারীগীদমক পুনাসি কৎথোক্লীবগী শিরাং শিথমনখিবা রাশ্রী অপাবশিংদা উৎনকই । অমরোমদা নুংশিবা, হায়বসি সমাজগী চংনবি, ধর্ম্ম নীতি অমদি

মপা মমাগী পলনা খিংবা ওমদ হায়বা উৎলি । অদুবু নায়িকাবু হিন্দু সমাজদা নয়দুনা পুশিল্লকপগী মতমৎতা নায়কনা মথু ৎমকনা মহাকপু থাংনো খিন্দুনা হাৎখি । মসিনা উপন্যাসকারদা সমাজগী চৎনবী অদুম নৈ । অসিগুম্বা চৎনবিবু শেমদোকনিংবগী সমস্যা নৈতবদি নত্তে, সমাজগী চৎনবি অমদি আর্দশনা ফাখিবনা অইবনা সমস্যা মপুং ফাখিদে হায়নিংই ।

ডাঃ ভগ্যনা নুপা নুপী অনিগী নুংশিবগী চাং শুংগা পুনবা হোইনবগা লোয়ননা মৈতৈগী অশেংবা মশক উৎনবা হোৎনরকপদা ' চাওবী ' মনিপুরী সাহিত্যদা থুদোল তমখি ।

মনিপুরী সাহিত্যদা তমনরিবা উপন্যাসশিংগী থুদোলদা রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহসু মহাককী উপন্যাস ,' থাদোকপা , ইমা, রোহিনী মথং মথং ওইনা থুদোল তমলকই । 'থাদোকপা' কম্মাগীতানি , দর্শনীক উপন্যাসনি । থুংনদবা ত্যাগকী দর্শন উৎপনি । মকএবা, অশেংবা, নুংঙাইবা ইথৌলাংবা তেংবানগী কম্মাগী অচুম্বা লম্বী উৎপনা উপন্যাসকারগী উদ্দেশনি।

' ইমা' নুপী ওইবী পুনশি খোংফমদা মমা ওইবনা মপুং ওইবা খোংফমনি । মমা মচাগী দর্শনিক প্রেমগী মচা মচা পোকতবা মমাগীসু নৈ হায়বা উৎপনি । অশোকপী অমদি য়োকচবী মমা অনিগী খয়োম্বা

লৈবা শেংলবা বাৎশল্য মমেক নানা য়েক্নবা লাকনবদা পুশিল্লকলিবা থৌদোক ৱাথোকবী কল্পনা উপন্যাসকাবনা মখীক চুমনা অপাবাশিংদা অশেংবা শঙ্কম উইলি ।

'রোহিনী' শৃঙ্গাব বসকী থুংশেমনি । যৌবনগী পুনসিদা মগোক কাৎকলিবী লৈশাবী অমনা মশাগী ওইজবা পুম্বা থাদাকতুনা শিকলিবা মৌপ্পাবু মমা শক্লা নাওকোনবীথিবগী ৱারীনি । ৱাল্লী অসিমকনা মৈতৈগী লীববা চৈজিং লোন্দা শৈশকথীবা ~~খম্বা শৈশকথীবা~~ খম্ব থমনু মচিন মৌপ্পা নুংশিনবগী ৱাবী অপাবাশিংবু অমুক নৌহৌননা ' রোহিনী ' উপন্যাসতা উৎলকই । শিকলিবা মৌপ্পা মেমগীদমক মচেম ওইবী অমনা থিবা অৱাংবা থাককী ত্যোগনি হায়নিংই ।

মতৌ মসু মনা য়েকনরিবা উপন্যাসশিংনা থৌদোক ৱাথোক নত্রগা প্রকৃতিশিং থাবদা পাক চাওনা য়েকপগা লোয়ননা সমাজগী ওইবা পাত্রশিংনা মপুং ওইবম্মী । অপাশিংবু হেক পাবদা থংবা য়াবা লোন্দা শিজিন্নদুনা পেন্নবা লাকনখি । শমনা হায়ৱবদা অহৌবা মতাংগী উপন্যাসশিংদা লাপলপ য়েংলগা পুমবু মনা য়েককে থৌবাংবা থম্মোয়গী ওইবা মিয়াংনি মরক মবকর্তা উপন্যাসকার মশামক চোংথোরকতুনা অপাবাশিংদা মশাগী ওইবা মত শীবগা লোয়ননা ৱারীগী শনখ্রং তমনা [illegible]

চেনখ্রিন্নে । তুং দা থব কোল্লপ তৌনা নাকপা উপন্যাসতা পাওবা অসু মনা চেনখ্রবম্মী ।

লান মতুং দা ভারতনা স্বশিনসে স্বাধীনতা ফংলবা মতুং দদি উপন্যাসকী ইচেল অসি ইপাল থাদা লাওনা থোংনা চেল্লিবা ইচেলনা অশোল- বা লৌনখ্রাল য়েংদুনা চেনশিনবগু মনা চেনশিল্লরকলি । ইচেল হোংলকপগা লোয়ননা ফোঙদোকপা খুৎশোং দোককী মওংদসু তশেং তশেংবা থৌদোক ব্রা- গোকনা মপুং ওইরকই। মতমগী থোক্লৈ মতুং ইন্না সাহিত্যগী মায়কৈদা উপন্যাসকার কয়াসু থোকলকলে অার কে এলাংবা, রামশিং, হিজম গুন, কুমারী থোইবী দেবী, খুমনথেম ইবোহল, শনজেম্বম মনদীয়াচান্দ অমসুং পাচা মৈতৈ উপন্যাসকারশিংগী মনুংদা মরু ওইনা শিংথাবা মাই ।

উপন্যাসকার অার কে এলাংবগী' মরুপ অনি' দা ইমফালদা অকিবা ফংলবা লালগী ফিভম য়েকপগা লোয়ননা শিকনিবা লৌশিং তাজ দ্রিবা অওাই অনিনা হিংনবা পুনসিগী লানফমদা লানথেংনবা হোৎনবনি । লোয়ননা শিকনিবা অওাই অনিনা কনা হন্না য়েংবদা, লৈত্রবদা, মরুপ শান্নদুনা লৈমিন্নরকপদগী চাওরকলবা মপুং ফারকলবা পাথই লৈপাবী

ফারকলবা মতমদা লৌন লৈনদুনা পুনশিগী লেংদুবা অরা নুংঙাই শরুক য়াখিন্নখিবা অনিগী ৱারীনি ২০/৬/৭০

মথংদা, হিজম অঙাংহলগী মতমদা মৈতৈ সমাজগী জাতি বিজাতি, অমাং অশেং খাস্তবদা নুংশি পনথুং য়ৌমিন্নখিদ্রবা নায়ক নায়িকা অনিগী শকতম রাম্বশিংগী 'জাং ওনবা' দা ধর্ম্ম নিতি অমদি রাজনীতিগী অথিংবা কয়া লৈদুনমু নায়ক নায়িকা অনিনা নুংশি পনথুং ওইনা জাং ওনখিবগী ৱারী মথং মথং ওইনা উৎলকই। উপন্যাসকাবনা য়েকলিবা নায়িকা, মাধবীনী অরিবম চনু নি অদুগা নায়কনা থাডেম্বম মচানি। নুংশিবগী মফমদা মৈতৈ, বামন শাগৈ জাং থাস্তরমদ-বনা অনিগীনুংশি খোংদামিন্নরকই।। অদুবু সমাগী কল্লবা পল লাক্দুনা নুংশি পনথুং ওইনা চীংদা তোংবা হাওপুমনা লৈখিবশিনা হান্নদগী হৌন। চংনরকলবা সমাজগী অপনবা কয়া অইবনা ডমনা য়েকলি হায়বা উংলি। অদুবু হিজম গুনগী 'লমন'দদি মৈতৈ পাথং পারি অমমুং চংনিংখোম্বী ওয়গা য়েংকা থুশমনদুনা চাকতামিন্নখি অমসুং চৗংতম অমতা ওইবগী মওং উৎলকই। মথংদা মহাকবী' থুদোল' য়থার্থ অমসুং আদর্শবাদ সেনিদা ইবা সমাজগী উপন্যাস মণিপুরী সাহিত্যদা থুদোল

অমলকই । খুদোলদা ৱারীগী থৌদোক ৱাখোক চাওখোকনা উৎলকই ।

নুংশি নুং ওনগী মতাংদা লোননদিন্নবা বিজাতি চনু অমগী মফমদসু থম্মোয়-
-গী নুংশি ঈচেলদি অমত্তা ওইনা চেনখিন্নে হায়বা উৎনবা বাঙ্গলী চনু
পূর্নিমাগা পলেম পনথোগী ৱারক চেৎলবা কুঞ্জবিহারীগা খুন্নেহল্লি । মনি-
পুরী থম্মোয়শিংগা কায়নহল্লি । অশেংবা থৌদোক ৱাখোকনা মপুং ওইরগা
অমজনফমগী মায়কৈদা চংশিল্লকই । উপন্যাসকী পাত্র পাত্রিশিং গোকুল-
বিহারী, থম্মাল, পূর্নিমানচিংবা অয়ামুদা মীরমলেনগী লমচৎতা তা-
ন্থিবনা অহানবদা মীহৌরই, কল্লকউই ; মশাগী ওইজবা থিবদা পুকচেল
শিকলু বদগী নায়ক গোকুলবিহারীনা মহাককী নুংশিজরবা রতনকুমারদা
নওবা ৱাথল থল্লু বদগী থম্মালগী ৱাহৌমদগী খুঙ্গ খোকলুই অদু বু পুকচে-
ল চাওরবা রতননা মহাকপু শিবা য়াবা থোক্ফমদগী কল্লকপা অমদি মহাক
কী মরুপতবু হিংনবদি হায়জুনা মশাগী অং ফত্ত থিদনা কাহেন্না ই লৌ-
থিবদগী পুনশি তেন্নবগী মশক ওইরবা রতনগী খুদোলনা [illegible]
গোকুলবু নুংশিজরবা মরুপ অমগী মনুংশি নিংশিং হন্নুনা আদর্শগী
লম্বেলদা চিংশিল্লকই । মতৌ অসুমনা নায়িকা অনিগী মফমদসু আদর্শ
ওইবা খুদোল হায়বদি পুনশিবু খুদোল ওইনা অমনরকই । মসিগা [illegible]

লোয়ননা পুনসি হায়বসি করিনো হায়না হংবগা লোয়ননা ৱারবা উপাধি নৈজদ্রবা থম্মোয়ৈ কয়াগী মশক য়েকলি। মরুপ নুংশিবা, মচন নুংশিবা অমসুং মমা মপা নুংশিবগী ঈচেল অসিসু নিংখিজনা চেলহনবনা পুনসিগী শকলোন কয়াম মশক তাকলকপদা অপেনবা পোকই। নায়ক খোকুলবিহারী অশোনবা মীনি, সমাজ সংস্কার তৌবগী শক্তি মওং-পক্কা নৈতে, পুনসিগী নানথোই কয়াদা চৈনাথোল থাংবতনা মহাককী মথৌ ওইখি। পুমনমক অসিনা উপন্যাসকার হিজম গুন দি পুনসিবু থাদোকত্রি, ধর্ম্মগী য়ুমফমদা শাগৎখ্রবা জগৎপু অমুক লৌম্মিন্নবা লাকনরি।

উপন্যাসকারনা পুনসিগী মশক তাকপদা য়ার্থাথ হায়বদি তেশেং অশেংবনা মপুং ওইনা য়েকনবা হোৎনরকলি। উপন্যাসকারগী' ত্রথোক তাদ' লাইরবা লৌরাংগী নোংদোল মথাদা, চাবা মচেৎ, শেৎপা মচেৎ ৱানা ঙাইজরম্মিবা লৌমি মচিন মনাওদগী ইনাকখুনবা শেঙ্গাও পাম্বা মহাজন্না মীরমচৎকী মমিংদা লাইনা লাং থাকতুনা পুমনমক মুনখিবগী ৱারী, খুদোল তমলকই। লৌমি শিনমী কাঙলুপকী লামীরবা তোন্ন-তারবা কাচপুপক্কী অৱাবা ৱারীনি। মমা মপা নৈজদ্রবা খোবা অমসুং নিংখেম মচিন মনাও অনিনা মবোক শিগ্রবদা সংসার অসিদা মথোয়গী মী নৈরকপবা, মথোয়না উজরবা

লৌ ফাওবা শংতোকপিখিবতা নত্তনা মখোয়না য়াম্না থাজনা লৈবম্মা মখোয়গী মাম্মা চাওয়াইম্মানা ফাওবা মবোকনা শিদ্রিৌদা পুরুবা শেন অদুগী তথ থাই ত্যমা শিংথুবা শাওবদা শিংদে হায়দুনা মখোয়না লৈজরিবা ইংখোল মচেৎ অদু ফাওবা লৌনবা হোৎনরকই । মখোয়গী মতৌ য়েংবা ওমদ্রবা শিয়ন অমনা শিল নাংবিদুনা মমৈদা" সত্য মেব জয়তে" হায়বগী ব্রাফম-দা মখোয়না কেশ ওমখি । ময়ানুনা লংকৈ চৎতুনা মীগী শেনদোন শিংবা ওমনবা শেন তানবা চৎখিৌদা শিঙ্গে থল্লুরবা মখোয়বু পোকপা মপা লৈরম্মী শিখিবা কুইদ্রি , মপা পোকপা মবু বোকনা মখোয়বু পোকপী মমা অদু কৌত্রুক নিংতৌলনি হায়না ইনখোকপদগী মপা পাদু ওাওদুনা শিখিবগী ব্রারিনি ।

মতৌ তম্মনা উপন্যাস কারনা মীওইবগী পুনসিদা থোকনিবা অকন-বনা অতোনববু তুহৌশিবা অমদি ইনাক খুনবনা নাইরববু হনথনা য়েংবীবা অমসুং মিচং শংগন নাইবা অসিগুম্বা অশেং অশেংবা থৌদোক কয়াবু য়েকতুনা পুনসিগী মশক তাকলম্মী ।

উপন্যাসকার গুনীগী অহুমশুবা উপন্যাস' অরোইবা পাওদম' নায়ক নায়িকা অনিগী পুনসি থোকফম য়েকপগা লোয়ননা মরেব্রাক নিংবগী

(Petriotic Theme) ব্রাখলন মহাকবীম লমন দা শাগৎখিবদু উপন্যাস অসিদা মপুং ফানবা হোৎনরকই। চুমনগী মরেবাক মনিপুর মমা নৈবাক তবু নুংশিবতা নত্তনা ভারত অমসুং জাতীবু নুংশিজবগী ব্রাফমনা হেন্না পাকথোক চাওথোকনা উৎনবা হোৎনরকই। মনিপুরীশিংপিকনবা কাচিন অমদা পোকপা ইচম চম্বা লৌমী শাজৌবনা মকপ মপাই থংরগা লোয়নবা' আজাদ হিন্দ ফৌজ' লিংখৎতুনা ভারত স্বাধীনতাগী ব্রাফমনা মপুং ওইনা ইরকই। অসি-গুম্বা চৈরক তোঙ্গিনা ইমফালদগী লান চেন্নকপা সমরেন্দ্র মমা মচা অনিগা শাজৌবগী ইমুংগা লোনদিন্নরকপদগী মমৈদা মমনাগা নুংশি থোক্লম ওই মিন্নরকই।

অসুমনা 'লমন'দা মরেবাক নুংশিবগী দমক পারিনা চীংমি থো-মদুনা লমন শিংনবা হোৎনরম্বা অদু উপন্যাস অসিদনা মনিপুর ব্রাংমা লান্না ভারত অমসুং ভারত জাতিবু মনিং তমনা নৈনবা হোৎনরকই।

থ্বাইরাকপম চাওবনা শাগৎলমলবা ঐতিহাসিক উপন্যাস হায়বদি উপন্যাসকী অশেংবা খৌদোক ব্রাথোকতা [illegible] কল্পনাগী ওইবা থৃংই হাপচিন্দুনা ইবা উপন্যাসকি মথল উপন্যাসকার শনজেনবম নদিয়াসিংহনা

মনিপুরী সাহিত্যদা থুংদাল চমলকই / মহাককী মহিXক্ক'দেওদান, অমরকীর্তি, ময়াম্বা গরিবনেৱাজ' অসিনচিং বাশিং অসি ঐতিহাসিকী থৌদোক-না মপুং ওইনা ইবা উপন্যাসকী মথলনি। সনালৈবাককী ইতিহাসতা লোন্না থুংশনা লৈখ্রবা থৌদোক কয়া কয়া থি-থিদুনা নৈনরগা লৈবাক অসিগী হৌথ্র-বা মিংথৈ নৌহৌনা শকশসিনা মপুং ওইবা থুংইনি। মসিগী প্রামান ওইনা ' ময়াম্বা গবিবনিৱাজ' না চপ চানা উংইনি।

' ময়াম্বা গরিবনেৱাজ' লাইনিংথৌ গরিবনেৱাজগী সনা হাকচক-তা থোকখিবা মনিপুরীগী লৈৱাক থৌবমগী ইবাংদা থোকখিবা থৌদোক কয়ানা মপুং ওইবনি। মনিপুরগী চীং চম অমদি মদুগী মশক ওনুকপা X রাজনীতিগী ফিভম য়েঙনা হৌখিবা মনিপুরগী মিরক্লং শকশোনগে লাকনৈ।। অদুগা 'পনিব লমথোক' কৌবা মথৌনা লৈবা অওম্বা অমগা নিংথৌগী মচন ইবেম্মা চকপা মখাউ ওম্বী অৱা ওংবী অনীগী অৱাপোল্লোইনা মাওওইনখ্রবা কায়রনা মপুং ওইবা নুংশিৱারী অমমু অমতদা চংখিন্নে। অরোইবা মতাং-দা লৈমা চকপা মখাউ ওম্বীনা পোকপা পনিবকী মচানুপানা অৱা মলাম্বীগী লুচিংবা ওইনা লানজংলকপা মওদ্রা কেওদু ওম্বা অমদি তপোকপা মপা অনি

অনিগী থওনদবা লানথং অদু দা মপানা মচাবু ককতুনা হাৎপা মমৈদা শক খংনরকপা অমদি পুন্না শিন্মিন্নবা অসিনচিং বা ঐতিহাসকী মাসি বারী কয়াদা কন্নানাগা ইরাইননা অইবা খুদংইনি ।

মতৌ অসুমনা' লবঙ্গলতা' দা থাগেম্বা হাকতককী ব্রাথোকতা নায়ক নায়িকা অনিগী নুংশি নুংঙনগী শকফম য়েকপা ঐতিহাসকী মওং অদু 'ময়াম্বা শরি পরিবনেব্রাজ' দগী খরগী মখৈদি উবা ফংই । অসুমনা করনী বীর রসকী অয়োৌবী দৃশ্য য়েকপগা লোয়ননা নুংশি নুংঙনগী শক্তম য়েকপদা অপাবাশিংগী মমিৎতা সমসং শঙ শঙ উহন্নবা হোৎনৈ ।

শোক ১৯৬০ লোইশিন্নমদাই অমসুং ৭০ চঙলমদাইদা মনিপুরী উপন্যাসকী থোংথাং অসি অনৌবা অমা ওইনা থাংলকই । থোইদোকনা নুংশি নুংঙৌলগী ব্রা ভাকতনা ব্রারীগী মপুং ওইরকত্রে । উপন্যাসকারশিংনা মপাল নাইদ্রবা ইপাক থাদোকলমদুনা অতে অতোপ্পা সমাজগী কাচিন কোয়া য়েংলকই, উরকই মথল কয়াগী সমাজ সমস্যা ।'রধা' অমসুং 'নুংশি ইচেল' দা নুংশি তৌব্বান মেমলবা থোইবী দেবীনা সমাজদা লৈরিবা থবক পুরিবা সরকারগী কর্ম্মচারীশিং অমসুং নৈবাককী লুচিংবশিংগী মপাগী ওইজবতা শিক্ষা

অমসু ং মীয়ামগী থ ন্দবা উরুবদা মীয়ামগী ফিদম ওইনবা মহাকবী
চীংদা শাৎপী ঈঙেল্লে' উপন্যাসতা বাপু জীগী লম্বেলদা চৎপগী মতাল উই ।
শীতলজিৎকী ইমা রাবী মপু ম অদু নোংহৌনা নীংশিংহল্লকপা থুংইনি ।। উ-
পন্যাসকার অসিগী 'বধা ' আদি রসনা মপু ং ওইবা উপন্যাসনি নি । নুপী
ওইবীগী পু নসি থোকফম উৎপনা মপুংনি । উপন্যাস অসিদা লেখিকা অসিনা
হায়নিংলিবদি ' পু নসি হায়বসি মফম মতমগী ফিভমগী মতু ং ইন্নাক হোংল-
কই ,X শংনা হায়ববদা লেপ্যনা চেল্লিবা তুরেলগী ঈ চলপু মবনি । কবি
কয়াগী কল্পনাগী শকুম, নুংশিবগীদমকতা ওাওদু না লৈবা অমদি শিবা হায়-
বদু ওইথোকতে । নুংশিবা হায়বসি কোনশিন্দু না থমুসু ওইথোকতে ,
থাদোবপসু পাম্মী । উপন্যাসকার 'শরতচন্দ্র' গী 'শ্রীকান্ট'গী রাফম অমদা
ত্যাগ হায়বাসিনা তশেংনমক নুংশিবগী অশেংবা ফজবা মশক ওইবসু য়াই ;
ফংলবসু নুংশি, ফংদ্রবসু নুংশি ' হায়বগী মওংদা মওং ওইরিতে-
দগী নুংশিনরকলবা রধা অমদি কৃষ্ণচন্দ্রগী পু নসিগী শকতম উংলকই ।
কৃষ্ণচন্দ্রনা লাইবিক তম্মা চংথিংদা অহল্ল লমননা আনন্দদা থাজখি । নুংহোং-
বরা মতুংদসু কৃষ্ণচন্দ্রবু কাওবা নত্তে , অদু ম মনুংশি । লিরী খোইরীমা
চীংনা লেমনাচেনথবা থোইবী দেবী থুংইনি ।

লেখিকা অসিগী উপন্যাস ' নুংশি ঈচেল 'দা ডাঃ কমলগী মাধবীদা মপুং ফানা শাংকাইবা ওমখিদ্রবা স্বার্থ-ত্যাগ অসিবু মপুং ফানা শাংকাইহল্লকই । নহা ওইবগী খিংওমদ্রবা নোংলৈ নুংশিং কয়াবু নমথদ্রুনা, মীওইবগী পেবা হায়বা ব্রাংলবা ফিদম অসিনা নমহংখিদ্রুনা যৌবনগী ঈশৈ মতিক চানা ওংখিদ্রবী চিত্র লেখানা আশ্রমগী লুচিংবী ওইরকই । অপাম্ব নুংশিগী জগৎ থাদোকপদা নত্তনা উর্মীরেদগী হেন্না অরা অনা তারবী মমা মপা লৈজদ্রবা, নুপী, অঙাং কয়াগী উপকারগীদমক আশ্রম লিংখৎতুনা পুম্নি লেনখি । লেখিকানা য়েংলিবা পুন্নসিগী খিংয়েং মায়কৈ অনিদগীনি অ অহানবদা রীনা অমদি সুরেশকী অরা নুংঙাই পুন্নসিগী ঈথক শোমনা মপা চাবা ঈথক হোরকপা পুন্নসি, অমদি নরেশ অমসুং চিত্রলেখা অনিগী হেন্না ব্রাংলবা পুমনমকপু কাওথোকলবা পুন্নসি অনি অসিনি ।

উপন্যাসকী অহানবা শরুকতা চরিত্রশিং অসিগী পুন্নসিগী অহৌবা মতাংদা অদু শাওবদি ঈরিবা থুংই অসিসু চীংগী ওখ্রা লোকচপতগী ঈচেলনা অনেম্বা লমদমদা রা রা চেনথরকপগুম মথং মথং ঈথরকই । অদুবু লোইশিল্লকপদদি রা রা চেল্লমগা ঈচেলমা ওমপাককী লমদম য়ৌরক-লবদা পাক চাওনা লেংওম শাওমদনা চেনবগী মতৌপুমই । হায়রদি নায়ক

নায়িকা অনিগী অহৌবা পুনসিদা প্রেমিকা অমা ওইবগী হৌনবা ডাওজরুরবসু মতিক চাবা মীওই অমমম ওইনরকলবা মতমদদি নুপী ওইবী অমগী আর্দশ ওইবা লমচংনা মপুং ওইনা থালকই । রীনা ইনাক কৈরাক থুনবী অমা ওইরবসু চাওগোকপা হৈত্রবী, পুকচল চাওবী অমগু মনা উৎপগা লোয়নননা নায়িকাগা কোননরিবা নায়কপু পুনসিগী ওইনা চেনথমিন্নবা হোৎনৈ । অসুমনা লেখিককানা অকোনবগী শরুক অসিদা হেন্না পাওতাক পীনিংবগী ব্রাফম নৈ-ন্নবা হোৎনবকই । অসিগুম্বা মুপ কয়াদগী মচিন থোরিবা কলম কয়ানা থুXxx xxXxxxxxxx শিংথাদুনা লাকলবা ব্রাফম অসি লেখিককানা মরিক চুমনা উৎলকই ।

লেখিকা অসিগী ' চীংদা শাৎপী xXxx ঈৎেল্লে ' অসদা নুপীগী থম্মোয়গী থোৎনা নৌরবা মংশি মিনুংশি মমতাগী শকতম, পাক চাওনা উৎলি । নৈবাককী লুচিং বশিংগী মশাগী, ওইজবতা থল্লবা অমসুং মীয়ামগী থনদবা উরুবদা, বিচারশক্তিগী তাওবলদগী কুমথদুনা থুমং শেমগৎ শাগৎপগী অমদি থুনজাওশিং দা লৌশিং অমদি থম্মোয়গী পাকথোক চাওথোকহনবগী থৌরমদা মাই ওনশিনবগা লোয়নননা নায়িকা ওইরিবী xxx ডা নুপী

প্রতিভাসু মশাগী ওইজ ওইথক শাদোকতু না তেংবাংখিবগী ফিদম উৎলকই । ব্রারী মপুং অসুম তমথরকপদা মতাং চানা লাল মমাওগী মনিপুরগী ফি- ভম উৎপগা লোয়ননা মতম অদুগী ইফালগী তশেং তশেংবা শক্তম উৎনবা হোৎনৈ । তশেং তশেংবা শিংথাবকপগা লোয়ননা গানধীজীনা উহনবীরম্বা নম্নেল, পুমনমক অমতনি খুঙং চাথনমা মপুংনি হায়বা উৎলি ।

লেখিকাগী উপন্যাস অমি শ্রী শীনজিৎ কী 'ইমা' উপন্যাসকী অানিশুবা মখিনি হায়বমক মসম মথোকনোয় য়াই - । ইমাদা য়োক- চবী অমদি পোকচবী মমা অনিনা মচাগীদমক খিপাইজবা অদু উপন্যা- স শিসিদয় য়োকচবী মমানা মহাকনা হেক পোকচবী মচাগুমনা য়োকলকই । অদুগা হেক পোকচবী মমানা মতমগী থোকলে মতুং ইন্না মচাগী তশেংবা শক্তম উজবা ফংদবদগী মত্যা চুপ্পদা মচাগী ব্রাথনদা নুপতুনা লৈখিবগী থোকফম উৎলকই । পুমনমক অসিনা'' চীংদা শাৎপী ইভেনলৈ ' দা মীওইবগী অশেংবা থম্মোয়দি অব্রা অনা মশক খওদে , থোইনদুম অব্রা অনাগী লৈর লৈরগা থম্মোয়গী মশক হেন্না শেংনা লংনা থোকরকই । অব্রা অনা ময়াম অসিগী সুব মরকতা কাওওমদ্রবা মও কয়ানা পুনসিবু নুংশিনা পামজনা উৎলকই । লোয়ননা চীংতক লাইর ইনাকখুনবা

পুমনমক অমতা ওইনা চৎমিন্নরি হায়বা লেখিকানা উৎলি ।

মতৌ অসুমনা খোইবী দেবীগী উপন্যাস অহুম অসিনা পুনসিগী থৌদোক বাখোক পুমনমক অসি নুপীতগী ওইবা তোপ তোপ্পা মিৎয়েং অমমনি হায়বা তাকই । সমাজগী চাওখৎ থোকখাংদা নুপী ওইবী শিংগী সু চাউরবা থৌদাং লৈ হায়বা মহাককী ' নুংশি ঈচেল ' অমদি ' চীংদা শাৎপী ইরোল ইভেলৈ ' অসিনদা উৎলি । হায়রিবা উপন্যাস অনী অসিদা অৱাংবা লোদর্শ , অৱাংবা পুনসিগী জয় '' সত্য মেব জয়তে '' হায়বা ৱাহয় অসোমদা হেক হেক পুবকই ।

নুংশি নুংওনগী মতাংদা নৌহৌনানা ইখৎনরকলিবা উপন্যাস কয়াম্বু কয়া অপাম্বা অমদি কামগী ইরাংনা নমনা খোকপা মওং অমা পাক্লা চাওনা উৎবই । ইরাংনা মপুং ওইবা ওইরবা নুপী নুপী নুপাগী ফোং দোকনদুবাখুপনা লৈব লোনচৎ কয়া কয়াকাচিন কোয়া য়ৌনা ময়েক শেংনা উৎননবা লাক্লরি । খুমনখেম ইবোহলগী উপন্যাসশিং , রনেনগী' ' শরীক-মখোল '' রতন কুমারগী' উনশাদা - নুংশিবা' । উপন্যাসশিংদা রতনকুমার-গী 'উনশাদা নুংশিবা ' উপন্যাসনা হৌজিকমককী মনিপুরী সমাজগী তাথিনা, নুংশিনা য়েংবা য়াবা থৌদোক কয়া অপাবগী থম্মোয়দা পালহনখি । নৌনা নুংশ্রা ওইরিবী নুপীমচা অমনা লাইরবগীচেথাদগী করমনা মশাগী

ওইজবতা থিরবা মীওইবগী লাংদা থুরম্বগে হায়বদু উৎলি। হৌজিক্কী সমাজগী কুয়োম শোকতুনা উৎপগী মওংনি। মখল অসিনা লৈরিবা উপন্যাসশিং অসিনা তাইবঙ নিচৎকী নুপী নুপাগী মরিদা লোন্না থুগ্না লৈরিবা কাম্বগী ইরোং কয়া উৎলকই। সমাজদা য়াথার্থগী থৌদোক ৱাথোক ময়েক শেংনা উৎলকই। মখংদা পাচানা মহাককী 'হয়াদ বেগম' অমসুং 'হজ্জ' থোকনবা নুংশিবগী ইচেলদা ইবা মনিপুরী উপন্যাসনি। 'হয়াদ বেগম' দা মপুরোইবা আসরফকী মমু মদা নুংঙাই য়াইফনা য়ুম্মান্দুনা লৈরিবী হয়াদনা মপুরোইবগী তুমফম কা-দা মমাংঙেদা লৈশারিঙৈগী চান্নখিবা ইকবাল কুরেসীগা মপুরোইবা লৈরিবী নুপী অমনা চৎকদবা লমচৎ নত্তবা সমাজনা পামনদ্রবা লমচৎ চৎমিন্নরম্লগা মপুরোইবগী মমাঙদা মীতোপ ওইখ্রবা ইকবাল কুরেসিগা পুনসি খোংলোয় ওইমিন্নখি। ইকবাল কুরসি অমসুং হয়াদকী শক্তমশিং নুংশিবগী অতাংবা শায়ন ওইনা উৎলি।

উপন্যাসকারগী 'হজ্জ' দা নায়িকা সলমা অশেংবা নুংশিবগী লমচৎ মান্নে। সলমা অমদি মুস্তাফা অনিগা নুংশি খোঙ্ফমদা নোংমা অখেংবা অহিং অমদা ফত্রবা বরকতুল্লহগা খেংনরুবদগী লৈশাবী

অমা ওইবগী মগুন যাংখি । অদুবু মুস্তাফাদা মরু তাথ্রবা নুংশিবদি মপাল মউ ফারকত্না শারেপ ফাগে তাল্লকনি । সলমানা নুংশিবদা মীনমদুনা বরি তৌদ শাদুনা মুস্তাফাদা যুম্মালে । অদুবু নৈশারিঙৈদা নঙবা শাজৎ চৎমিন্নথ্রবা ববক তুল্লাহনা অশেংবা হায়দোককদ্রা কিবদগী পোৎথাফম থংদুদুনা হাৎখি । লোয়ননা মশাবু সু লোইশিনজখি । অদু-গা মবাল লৈত্রবা মুস্তাফানা দন্দি অরাফম তাখি । অমরোমদা, মুস্তা-ফাবু থম্মোয়নুংদা নুংশিজবা লাকপা ফাটিলথানগী মচানুপী থাদি[illegible] মুস্তাফা অমদি সলমাবু মযুমদা লৈহল্লগা থাওবা ওমদুদুনা থুলগী অহল থবগা হজ্জ চৎখ্রে । নুংশিবদগী থাদোকপা ফাওবগী লম্বেলদা লৈবা তাখি । মিহৌবনা কবিসু তৌবা য়াদে । কায়রবা মগম্মোইদুনা হজ্জ চৎপদগী হল্লকখিদ্রে । যাগী নুংশিবনা অতোপ্পবু ওৎহনবা পামজখিদবগী মওংনি। নুংশিবগীদমকাগা মশাগী ওইজবা থাদোকপা-আদর্শ ওইবা থাদিজাগী ফোং-ওমদুবা নুংশিবগী ত্যাগনি ।

মতৌ অসুমনা য়েক্লরিবা উপন্যাসশিংদা চাওবা, কমল অ-অমসুং অঙাংহলগী নুংশিবনা মপুং ওইরবা উপন্যাসিশিংদা নুপী ওইবগী ওইবীগী সতীত্ববু য়াংনা ফজনা থাংগৎলম্মা অমসুং মদুদা লংনবা য়াওরকপদা উরীরেনা নোংশা অমোমগুমনা শাওখিবা, অসিগুম্মা মরায়াওদ্রবা [illegible]

মখাজদদি থোইনা মমল য়াওখিদ্রে ।

চৎখরকলিবা উপন্যাসশিংদা থৌদোক মথং মনাও লানথোকপদা অপাবগী পুকনিং চিংশিনগে হোৎনবগা লোয়ননা চনৈন্নরবা প্লোট কন্না চৎনরকলি । ফোংদোকপা অমদি লানথোকপগী মতাংদা হান্নদগী চৎনরকলবা মওং অদু হৌজিক ফাওবদা উরি । ব্রারী মান্নদবা , পাত্র খেন্নবা নত্তনা লানথোকপগী মওংদি উপন্যাস মপুম ওইনা য়েংবদা হান্নগীগা মান্ননা লৈরি । অদুবু পাচা গী'' না তাখিবা অহল অমা' হায়বসিদদি হান্নদগী খর খেন্নরপনা উই । মওংদি উপন্যাসনি হায়বা য়াই । অদুগা চৎনরকপা মফম মতম য়েংলুরবদি মসিদা ব্রারী য়াওদে , থৌদোক মথং মনাওগী ব্রাফম য়াওদে ,। মপুং ওইবা রস, তেংবাংবা কয়া য়াওদে । অব্রা পোল্লোই নত্রগী নুংঙাই পোল্লোই নত্তে । ব্রারী মপুং ওইনা পাত্রগী তাংদাংবা নমচৎ য়াওদবগুম উই অদুগা তৌবমকতি হৌজিক মতমগী চন্নরবা চনৈ থনৈরবা পুনসিগী মওং পুম্নমক্ক উৎকে নাকনৈ । মরু ওই ওইনা পাত্র অনিথকনা তোঙান তোঙানবা মফম অমনীদা মতম য়ান্নদনা ব্রারী শাবসিনা মপুংমি ।

মহাকবী ' না তাখিবা অহল অমা' তোপ তোপপা মগুন লৈবা লাইরিকনি । লাইরিক অসিদা উংলিবা মওং মরিনি । অহানবদা

ম্বৌ নহাগী শাজৎ, অনিশু বদা থম্মোই শানবদগী শান্দবা' , অহু মশু বদ অমম্মা, মরিশু বদা না তাখিবা অহল অমা হা য়বা অসিনি শ উপন্যাসকারনা লাইরিক অসিগী ব্রাহৌদা মথমোইগী মপাও শীরি -- য়াচংবদা কোয়রকপদা তমপাককী উশুন লৈরিক থু দিংগী মপুন মানা থারিবা লৈরিক অসিগী মথকতা ওসি মানা থোঙ্গুন তাররিবা হায়বদি শোকলিব মফম অসিগী তোপ তোংপা শৈলী অসিনচিংবা অসিদা মহাককী কবিগী ওইবা মপুন তোপ তোপনা শকলকপদা Sir Walter Scott কী 'Lay of the last ministrel' গী তরুকশু বা কেনটোগী অহৌবদা শকলিবা --'Breaths there the man with soul so dead' হায়বা কবিতাশীকনা দিফা মনত্র ওইদুনা থম্মোই থু দিংদা স্বদেশ প্রেম হাপ্পীপগু ম সাধক মুকুন্দাসকী ' ভারত মোদের জননী মোদের ' ভারতবাসী থু দিংগী থম্মোইদা মথমোয় শেংলবা দেশ প্রেমনা স্বদেশ প্রেমগী ঈহৌ বঙ্কিমগী ' বন্দে মাতরম'' দেশকীদমকতা মথবাই কৎপা উমহনবগু ম আর্য্য ঋষিশিংবু '' জননী জন্মভূমিশ্চ'' হায়না শোকনফম নমদমগী মশক তাকপগু ম মহাককী ব্রাহৌদা শীরিবা তোপ তোশ্পা থম্মোইগী দেশ প্রেম উৎনবা লাইরিকনি। মাগী অরোইবা কশ্নাগী

শরুকতা মওদা, ফুবাদা ইজল্বিবা ' না তাখিবা লেহল অমা' ভাবক খুদিংগী থম্মোয়দা দেশকী সেবা পাম্‌দ্রবা অমদি তৌদ্রবা পুনসি অদুদি মীওইনা পোকপদা অবেম্মুনি । দেশকীদময়ক পোককদবনি হায়রা মনত্র শক্তিনা মী-পুম খুদিংবু পোকপগী য়ান্নবা, উৎনবা শৈশকনি । হায়রিবা অসিময়কনা মহাকবী লাইরিক য়ুগ কাব্য ওইনা লৈহৌবা য়ারবা খুৎইনি ।

অদুবু উপন্যাসকাবনা পীরমলিবা ব্রাফম মরি লৈনবা নত্তে । ত্র হায়বিবা পাওদমলিবা অনি অসিদনা শমজিন্নবনি । অদুনা উপন্যাস অমা ওইবগী লৈবা য়াদবা লফুনশিং অদু থোইনা পনল্লনি ঙাই লৈতে । অময়ো-মদা নুংশিনবা মরূপ অনী কুইনা উন্নরুদ্রবা মতুংদা ভাইহাক কোইথোক মিন্নরুবদগী মথোয়গী হৌথিবা অমদি চংলিবা পুনসিগী থৌদোক থবা নীংশিংনবকপদা ভাইহাক অসুম নুংঙাইদুনা য়াচংবদা কোয়মিন্নবদগী থরা থেংদোকথিবগী হায়রিবা ব্রাফম অসি মথোয় অনিনদি লৈবাককী ফনবা থনবা সিগী মথকতা মশা মশাগী নিংওমদবা কয়া ওইবনা পুমনম-ক অদু নোংমা য়াচংবদগীনা মতুং ফাওবদা থেংনবা লাকশিন্নবা ওইনা থোকপনা দাইবিগী থাকতা থোকপনি । ব্রারীশিং অসি নায়ক নায়িকা

নাইদ্ৰা নীবা য়ারী অমা নত্তবনা উপন্যাস মচা অমগী কহানি হায়বা অদ্দা চাবদস্ য়ানা থোকপনিনা শমনা হায়রবদা উপন্যাস নত্তে, য়ারী, মোংযানীগী মতুংগী দাইয়িনি হায়বদা থোইনা চিং ননিংঙাই লৈতে ) S.B.S.

মথংদা উপন্যাসকারগী' ইমফাল অমসুং মাগী শিং নুংশিংকী ফিভম অসি মথককী অসিগা থুংই হায়ফেৎ মান্নে। থোইদেকনা মপুক লাবা শক্তম, প্লোট শেমনবা হোৎনদে। উপন্যাস অসিদা সমাজগী অথিবা শক্তম অমসুং হৌজিককী ফর্ম য়াওদ্রবা পুনশিন থোকনবা হোৎনৈ।

উপন্যাস অসিদা কাছারদগী মনিপুরী প্রোফেসার অমনা হোটেল অমদা উরবা মনিপুরগী সমাজগী থৌরবা চাইথরকলবা, কীন্নুরকলবা ফিভমবু, অতোপপা নুপাগা অয়েনবা শাজৎ, চৎপা, মনিপুরী নুপীশিংনা হিংনবগী লানফমদা ময়াং অফিসারশিংমা মশা কৎথোকপা, মৈতৈশিংনা ফম্ কাননবা অওম্নশিংদা নুপী লৈহাপতুনা কৎপা, লৈশাবীশিংনা পরিক্ষা পাস ওইবা ময়াং ওজাগা মশাগী অপেংবা সতাবু পীথোকপা, লৈবাককী চুকলি পাইরিবাশিংগী শেনজা থুমজা, নুংশিহৈবা মরাল লৈজদ্রবা প্রাজাশিংবু ওৎপা নৈবা মনিপুরী অয়াম্বগী মপানথোংগী নুঙাইরবা পুনসি, মমু মদা তমথিরবা ফিভমদা লৈবা অসিনচিংবা সমাজদা থোকলিবা থৌদোক কয়া উৎনবা হোৎনরকই। মতৌ অসুমনা সমাজগী অশোয়বা, অনাবা, অয়াৎপা অকতা পুকনিং শোকনা কল্লক পেন্নদোকপনা উপন্যাসকী মচাক ওইনা

ইন্নরকই । লৌজিককী অনৌবা উপন্যাসকী য়াওন্না প্লোট , খিম অপান্নবা শক্তিম য়াওদনা চাং য়েংবকপা উপন্যাস অসিদা মহাককী ' না তাখিবা অহল অমা' হায়বা উপন্যাসতা করিগুম্বা রাখল নত্রগা রাফম অমা নীংতমনা ফোংদোকুবা লাকনরকপদা শেমজিনখিবা তাঙকক মরিনা শাবা উপন্যাসকী মওং মালহন্নি ।

মনিশু বা মেক্ক

হীরম:-

শোক ১৯৭৫শীনা ৫১ ফাওবগী মনুংদা ইনরম্মা উপন্যাসশিং শী মূখি হীরমদি তশেংনমক থম্মোয় ইহৌনি হায়বমক য়াই । অইবা অয়াম্বনা মীওইবগী থম্মোয়গী ইহৌশিংবু মরূওইনা লৌখি । লৌশিংগী মখম কয়াদগী রসকী হৌফম ওইরিবা ঈশ্বরনা মনা ওইনা পীনবিরম্মা মীওইবগী প্রবৃত্তি শোকপা য়াবা হীরমশিং অসি য়াম্মান পাক চাওনা পুই । থোংলবা থম্মোয়গী কাচিন্দা মতম খুদিংমকতা অমদি মফম খুদিংমকতা মীওইবা পুমনমককী ওইনা চুম্বরগদবা, পুমনমকতা ফাওরগদবা হীরমশিংনা মরূওইনা লৌশিন্নরম্মী । মনোবিজ্ঞানগী মরূ কয়া শোকপা য়াবা হীরমশিং য়াম্না মরাং কায়না ফংই হায়বা য়াই । অদু মনদি ওইরবদা মনোবৈজ্ঞানিকশিংগী, মতৌ পুম অইবশিংগী মতৌপুম য়াম্না কনথা হৈথানবগী মওংদা লৈবা হীরমশিংবু লৌশিনবদি নত্তে হায়বা য়াই উপন্যাসকার 'শীতলজিৎ কী' ইমা' অমদি' রোহিনী ' অহানবা ওইনা পনবা য়াই ।

' ইমা '  হায়বাসিদা মরু ওইনা উৎলিবদি মমতাগী ৱাফমনি । নুপী ওইবী পুন্সি খোঙফমদা মখা ওইবী অমনা মচাগীদমকতা অৱা অনংবতনা ঈথক ঈপোম্নরবা জগৎ অসিদা পুঙমদবা থাংঙমদবা লৈতে । অসিদসু নত্তনা মা পোক্তবী অমগী মফমদসু মচা নুপশিবগী  ঈচেল লৈতবা নত্তে হায়বা আদর্শ ওইবা মমা মচা অনিগী ৱারীনি । মমতা হায়বা থম্মোয়গী ঈখিল অসি জিব খুদিংদা শোয়দনা লৈরবা ৱাফমনি । নুংশিবগী অওকপা শক্তমনি । মমা ওইবীশিংনা মচাবু নুংশিবা মমা খুদিংনা শাখিনি । অসিদসু নত্তনা পীক্লিব অওাংশিংগী মফমদা নএগা মচাগী মফমদা মপা মমা ওইবশিংঅসিনা লুনা চান্ন তৌজবা মচা অমগীদমকতা মমা ওইবীশিংনা করি তৌবা ঙমখিদবা থম্মোয় খুদিংমকনা শাখিনি । হায়রিবা ৱাফমশিং অসি উপন্যাসকারি শীতলজিৎ কী ' ইম দা শক্লোকনা তাকই ।

উপন্যাসকার অসিগী' রোহিনী' দসু তাদু মঙাই । মসিদা হেনজিল-কপা হায়বদু মতম তাদুগী সমাজগী হৌনবী লোনচৎ অফ ফত্ত ইরোইনরকই । ' রোহিনী' সমাজগী চৎনবী লোনচৎ শাজৎ কয়াগা লোয়ননা মেকপা সমাজিক উপন্যাসনি । উপন্যাস অসিদা মরু ওইনা উৎলিবদি মচিন মৌপা অমিসমই

অনীগী পুন্সি শোংতমদা লৈশারিবী মচেমনা মশাগী ওইবা থাখল পুম্মা খাদোকতুনা শিকলিবা মৌপুাগীদমক, মচাগীদমকতা হাকন চংজরবী ময়াগুম পুন্সিগী অৱা অনং, ইকাই হৌকি পুমনমক মায়রোং য়াবা, মচিন খমৌপুা নুংশিবগী থারীনি ।

করি করিগুম্মা মতমদা সমাজগী মায়য়োকতা লানথৎলকপা থাকৎ খেং নরকপা য়াওই । সমাজগা সাহিত্যগদি তৎন থানবা য়াদ্রবা মরী লৈনগনি । অদুগা সাহিত্যদা য়েক্লিবা নীতি অদুনা সমাজX লমজিংগনি হায়বসু য়ামনা খাজবা থাফমনি । মতম অদুদা লৈ রম্মা মনিপুরী সমাজগী অমি ময়েক শেংনা উপন্যাসশিংদা তাই ।

উপন্যাসকার আর, কে এলাংবগী 'মরূপ অনি ' হায়বা উপন্যাসX লালজাও নংলবা মনিপুরগী অৱা খোল্লাও য়েকপগা লোয়ন লোয়ননা নুংশিনরুবা মরূপ অনিগী চাউজাদ্রবা লৌশিং অমদি চৈনা খাংবা ওমদ্রিবা থম্মোয় অনি ময়েক শেংনা উৎলি । লানজাওনা নৈহৎশিরবা মনিপুরগী চিক্লবা কাচিন অমদা লিরী খোইরীনা চেনথরিবা নৱাগী ঈচেল অমদি মদুনা মমৈথংদা লৌনা লৈনবগী পোলোয়না শমনা থাথেখিবা মরূপ অনিথককী থারীনি । পাক শন্না অ

অদুনা লৈরিবা ঈশ্বরগী থৌদোক ৱাংথোক ময়াম অসিদগী ননাইগী ওই-বা মিৎয়েংনা লৈতেংলবা মতম অদুগী সমাজগী নীংখিবা শক্তম অমা উৎকে হোৎনৈ। মমতাগী ওইবা রসনা মপুং ওইরমলগা অরোইবা তঙখায়দা শৃ-ঙ্গাররোমদা নৈশিল্লকপা এলাংবগী খুৎইনি।

এল রামসিংগী জাৎ ওনবা হায়বা উপন্যাসঅ হায়রিবা মতম অদুগী সমাজবু য়থার্থগী মিৎয়েংদা য়েংনবা লাক্লরি। উপন্যাসকারনা উৎলবা হী-রমদি জাৎ তিন্নদ্রবা পাথং নৈশাবী অনিনা নুংশি খোঙফমনরুবদগী মৈতৈ সমাজগী খুরবা মিৎয়েং, তমদি তমখিরবা পুকচেলগী তেন্দফম ওইদুনা চীংদা তোংবা হাওপুম নারক শিংনকতা পুনসি কেমখিবগী ৱাফমনি। মে লোয়ননা নুংশি খোঙফমদা সমাজগী অথুবা মিৎয়েং ধর্ম্মনীতি, রাজনীতি না নুংশিববু খিংবা ওমদে হায়বসিনা উপন্যাসকী হীরমনি।

অসুম তৌনা মতম অদুগী উপন্যাসকারশিংনা সমাজগী ওইবা হীরমবু য়ামনা পামজনা লৌশিনরম্মী। উপন্যাসকী ইতিহাসতা অনিশুবা তাক্লকনি হায়না লৌবা য়াবা মতাং অসিদা অইবশিংনা সমাজগী পাকচাওরবা থৌদোক ৱাথোক কয়া হীরম ওইনাক্স লৌশিল্লি। ইতিহাসকী ওইবা অচুম্বা কয়া মতাং

মতাংদা শোকলম্মা য়াওই । মদু মকনা ঐতিহাসিক উপন্যাসনি মখুবা হায়বা য়াদ্রবসু সমাজগী নীংখিজরবা ইতিহাসকী লমায় থর হাংদোকই হায়বা য়াই ।

উপন্যাসকার হিজবা গুনগী ' লমন' মৈতৈগী, মীশাই ফুঙ্গা নায়বা নাই-থাং থমনবা মতমগী ৱারী ঐতিহাসিক উপন্যাসকী নমুনাদা নিংথৌ লবন্য-চন্দ্র, মধুচন্দ্র অমসুং চৌরজিৎ অহুমগী ইতিহাসকী ওইবা থৌদোক ৱাথোকপা লোয়ননা ইবনি । মশিগী লোয়ন লোয়ন মচা ওইবা অমনা মমা মপাগী লমন শিংনবা হোৎনবা অমসুং চীংতম অনিগী তোথায় তান্নরম্মা মওং কয়া নুংশিনবতনা লমন থুম্মা হায়বসিনা উপন্যাসকী হীরমনি ।

মতৌ অসুম্না উপন্যাসশিং অসিনা সমাজগী পুনসি অমসুং করিগুম্মা মতমদা লনাইগী পুনসি হায়রিবা পুনসিশিং অসি য়েংনবা লাকনৈ । লৌশিংগী ওইবা হীরম কয়া য়াওদি ময়াওরবসু য়ামনা হেক পাক শন্না মরী লৈনবা মীরমদি তাইবঙ থম্মোয়গী অনুভূতি অসি হায়রিবা মশা মশাগী হীরমশিং অসিবু পাওদমদা, মশাদা ফাওখিবা মিৎয়েং কয়া নান-থোকপনা নম্মী ॥

ৱারীগী মওং :-

ৱারী xxxx লীখবা অমদি খৌদোক ৱাখোক অদু মথং মনাও লেংশিনবগী মতাংদা মতম অসিগী উপন্যাসকারশিং য়াম্নমক চেকশিল্লি হায়বমক য়াই । ৱারী লিশাং শেমগৎলকপদা ' ইমা ' উপন্যাসতা মপুং ওইনা নীরিবা ৱারীদি নুপী ওইবীগী মমা ওইবা খোঙফমনা মপুংনি । ' ইমা ' দা অপোকপী অমদি য়োকচবী মমা অনিগী থম্মোয়দা xx নৈবা শেংনবা বাৎশল্য রস য়েক্লবা হোৎনবনা ৱারীগী মপুংনি । ৱারীগী অহৌবদা মমিৎতা মচা উজদ্রিবা রাধা অমদি মেঘচন্দ্রমা মতাং চাদনা চহি অনিতা পাইরিবা অঙাং উx উবদা হাইফেৎ ওকল পা খোকরুবরমু অঙাংনা, ইমা । xx ইমা । কৌরকপদ মমা ওইবীগী থম্মোয়দা মিকপ থংখোক খোকপপুম ''করি তৌরি নংদি সিদা'' হংলুই । অঙাং অদুনা '' ইয়া ঐদি সিদা তুরই '' মতৌ অসুমনা খেংনরুব থুল্লকপা অঙাংবু মচা শক্লা মহৈ মশিং নীংখিনা তমহন্দুনা লৈবাককী ইকাই খুম্নরবা বিচারপতি ওইরকই । অমরোমদা পোকচবী মমা থম্লাল মতাংগী হাকন চংবদা মীহাৎপী অমা ওইরবমু মচাগী সেৱা নুংঙাই কয়াদা শরুক য়াখিগে হায়বগী দমকক্ল ফিজেৎ লোৎতুনা পুন্সি লেলকই । মমেদা মচানা অশেংবা পারী পুরি খিরকলবদা মহাক মশামকনা মচাগী নংলা নংজিন তাকপিখি ।

অদুবু মচা অমা ওইনা মমাগী ব্রাশক ডাক্লবা মোৎনবা অমদি মশাগীতা য়েং-
বা লৈবাককী ব্রায়েল চুমথোকনবা মমাবু মচিনমক্লা ফাঁসি হুকুম তৌখি ।
মমা কাহ্নবগী মৈশা ফঙলবা রনজিৎ অশিবগী থয়াৎতা তারমশদবদগী
থম্মালগী মখুৎনা শোকশদা মাংলুরবা গ্যান পুমনমক হজিলকতুনা অমুক ম
হন্না পুন্না পানমিন্নখি । মতৌ অসুমনা উপন্যাসকারনা মমা ওইবী অমনা ম
মচাগীদমক কয়া ব্রাজবা অমদি মচানা মমাবু কয়াদা নুংশিজবা হায়বা
থোর্জেগী খুমক? খুৎয়েকনি । ইমাগী শায়োন্দা মচেম ওইবী অমগী ব্রাগী
অমসু উপন্যাসকার অসিগী " রোহিনী " দা য়াওরি । মচেম ওইবী অমনা
মৌপ্পা ওইবা অমগী মফমদা থাংবা আদর্শ ওইবা থোঙথাইনি । মীরমদা মমা
মশা নৌনা কায়নরবদা লৈশাবী মচা XXX রোহিনীনা শীকলিবা মৌপ্পা মো-
হনবু পুদুনা মমা মশাগী হৌফম শাফম খিরকপদা পুকচেল চাওরবা পোশা-
পালগীদা মবুং শক্লা লৈরকই। সমাজগী থারবা মিৎয়েং অমদি নুশী ওইবগী
শীকলবা শুকচেলনা ইমুং মনুং ইরাং হৌরকতুনা চংজফম লৈত্রবী রোXXX
রোহিনী লোন্না মুম থাদোকতুনা চৎখি । মৌপুনা মতিক চারবা মীওই
অমা XXXX ওইরশাওবদা হিংখিগে হায়বগীদমকXXX শক লোৎতুনাXXXX
চীংগী লমদা থোৎনুশীদা মীনাই ওইনা পুশিন লেপ্লকই ।

অরোইবদা মচিন [illegible] মৌপ্পা, ইমুং মনুং অমুক হন্না উন্নদুনা পানমিন্নখি-বা অসিনা ৱারীগী মপুংনি ।

উপন্যাসকার এন রামসিংগী'জাৎ ওনবাদনা মওং অমা হায়রপ ওল্লকই । হিজম অঙাংহলগী ' জহেরা ' উপন্যাস মৈতৈ পাম্পল হায়না অমাং অশেং থায়বগী ৱাফমদা পীনবা ৱারীনি । প্রেমিক প্রেমিকা অনিগী নুংশি পনথুং য়ৌবা ওমখিদ্রবা ৱারীগী মওং উপন্যাসকারগী'জাৎ ওনবদদি সমাজগী চৎনবী নৈন্নবসু প্রেমী প্রেমিকা অনিগী নুংশি পনথুং ওইনা সমাজগী পল লান্দুনা জাৎ ওনখি । লোয়ননা যামিনী, নবকিশুর অনিবু মচা শক্তা নাওবোনবিদুনা চীংদা তোংবা হাওপুম্বা পুনসি লেনখিবা অসিনা চীং তম্ব অমতা ওইরম্বা ৱারীগী মওংনি । অসুমনা মৈতৈ সমাজগী শান্নে জাৎ থায়বগী অকনবা চৈথেংবু কিবদগী নায়ক নায়িকা অনিগী পুক্নিং অরেম্বদা নারক-শিংলকতা মাংখি হায়বসিনা ৱারীগী মপুংনি ।

উপন্যাসকার আর কে এলাংবগী ' মরুপ অনি ' দা নীরিবা ৱারীগী মওংনা [illegible] লানজাও না নৈহৎনবা মনিপুরদা অৱা পোৎলু মন রবা অঙাং অনিনা অফংবা থরানা চরা নোংথন্নরম্বদগী চাওরকতুনা পুনসিদা লানথেংন্নবা হোৎনবনি । অঙাং ওইরিঙৈদগী মরুপ ওইনা অমনা অমগী

মতেং পাংনদুনা চমনা পুনসি লেনমিন্নরমদগী মতমগী খোঙলৈ মতু' ইন্না চ উনবা অমসুং কায়নবগী ঈথক ঈরৈদা তাওথখিদুনা থম্মোয়দা থুপনা ক চেন্নম্বা নুংশি ঈচেলনা অরোইবদা নুংশি পনথু'মিন্নখিবা ৱারীগী মওং নি ।

[illegible] উপন্যাসকার পুন্নীগী 'লমনদা ঈরাংনা লৈদুনা পুখ্রবা শেলুংবা অমগী অপামদগী ৱা কায়নরকপনা হৌরগা চীং তম অনিগী সমস্যা খেংনরবা মতুংদা শৃঙ্গারনা লৈতেংদুনা মরৈবাক অমসুং মজাতি নুংশিবাগী ৱাফম মরূওইনা য়েকই । উপন্যাসকার অনিগী থুংইদা মৈতৈ পাখং পারিককবু ই চনু চংনিংখোম্বা ওয়গা য়েংকা চাকতামিন্নখিবা অমসুং চীং তম অমতা ওইবগী মওং কয়া উৎলকই । মরূওইবা ৱারীদি অহানবদা মপুরোইবা কায়নর-বী নাইশিং চল্লবী তমুবীনা পীকলিবা মচা পুদুনা মশাগী ইজৎ' ঙাক্লবা মতম কুইনগী ওইনা মৈতৈগা কবুইগা ঙাই শান্নখিদ্রবা নুংরাংলোন কবুই থু-ন্দা খোংজাইনুবী শাদুনা লৈরকই । অদুবু অৱাবদি হৌন হৌনদুনা লাকই হায়বগুম পারি মমা মচাবু মৈতৈনি হায়বা থওলকপদগী মথংদা খৌবুম থুন্দা শাইদাইলকই । খৌবুম থুন্দা পারি চংনিং অনিগী নুংশি খোঙফমনরকই । অদুবু মিপাই চাউবী পামহৈবীনা মীগী মিংয়েং চংলককনি অমদি মপুরোইবগী লমন শিংবা ওম্মোই হায়বপীদমকপা থুন্নাকপদগী য়াম্বং

লৌদ্ না ময়াং লৈবাক তান্না খোংশালম্মী । ময়াং লৈবাকতা মপু রোইবগী অরোইবা য়াহিফমদা তম্বীসু অরোইবা য়াহিপ তান্দু না হিংলি- হৈদগী মতমদা তানবা ফংজিদ্রবা মপু রোইববু লাইরেবাকতা ফংজখি । মর্থংদা পারিনা মখা লৈবাকপু মীনাই য়োহিং কোকহন্নু হায়রম্মা মতুংইন্না লমুক হন্না খোবু ম থুন্দা হল্লগা চীংগী মতেং লৌরব্বা অমসুং পারি চংনিং অনিগী নুংশি পনথুং ওইমিন্নখিবা অমিনা মপুং ওইবা ৱারীনি ।

----------

খোদোক ৱাখোককী মওং:-

নীংদৌরিবা ৱারী অদু উপন্যাসতা মথং মনাও নাইনা খোদোক ৱাখোক শেমদোকলগা খোদোক ৱাখোক x শেমদোকলগা অমদি মরম পরেং শানা লেংশিনবা হায়বগী মতাংদদি মতম অসিগী উপন্যাসকারশিং য়ামনা কা হেন্না হৈ শিংবদি নত্তে । মরম চাদবা নত্রগা মতা চাদবা নত্ত নত্রগা ওাইওমশিংওমদ্রবা মওং য়াওই । অদু মনদি ওইরবদা অশাবশিংদা x পীবা পামলিবা ফল অদু মতাং মতাংগী ওইনা নত্রগা অথন্নবা তাক্ককি ওইনা য়াম্নমক মরীক চুম্না থেংনৈ । খোদোক অমা খোকই, নত্রগা ৱাফম অমা

পুখৎলকই । হায়রিবা রাফম অদু নত্রগা থৌদোক অদু কারিগীদমক কমদৌনা করম্বা মওংদা থোকহনবা ঃসম্মলন মবগে হায়বগী মতাংদা অইবশিংনা মরীক চুমনবা লাকনৈ । তৌবদি থৌদোক রাথোককী পরিং শেম্বদা থুৎ পুমথা থক থারবা অনৌবা মুগকী অনৌবা বিধাদা ইন্নরকপা উপন্যাস তৌনা তৌদ; চেকশিন্না লাকনৈ । করিপু ম্বা মতাংদা রোমানতিক থুইগী হৌনবা কল্পনা না হেনখিবা মতাং ময়াওই । অদু মকপু উপন্যাস হায়বসিদি মপু মনি, মপু-ম ওইনা য়েংবা তাই । থৌদোক রাথোককী পরিংবু মপুম ওইনা য়েংবদা অ অইবশিংনা ভমজবা মওংদা, হৈনজবা মওংদা লানথোকই অসুর হায়বসিদি শো-য়দবনি । উপন্যাসকার শীতলজিৎকী মপী ' ইমা' দা য়েকচবী অমদি পো-কচবী মমা অনিদা মচা নুংশিবনা মপুং ওইবা রারীনি । উপন্যাসকী মপুং ওইরিবা পাত্র রনজিৎপু চহি অনিদ তাইরিবা রনজিৎপু মমিৎতা মচা অমতো উজাদ্রবা রধা অমদি মপু ব্রোইবা মেঘচন্দ্র অনিগা থেংনহন্দুনা মচা নুংশিবা ঈচেল পাওহল্লি । হাওফি শেৎতুনা চেংকুপ থিরিবী হাওতোম্বীনা রধাগী ইমুংদা ইতৎ তত্তনা লাকতুনা অরোনবা থোওফমদা মচাবু নুংশি জবা মওং উৎলি । রনজিৎনা মহৈ মশিং মতিক চানা হৈদুনা লৈবাককী রায়েল মপু ওইরকপা অসিনা তুংগী চৎথরকলিবা রারীগী অচুম্বা রায়েলগা মরী লেনখল্লু । বিচারপতি অমা ওইনা মচাগী খিংচং মাওহন্নিংদবদগী অমদি অচান মীরাম।

নাইরবা ৱায়েলবু লমনশিংবা শক্লবা মমাগী অকনবা ৱাশক লৌরুবদগী নুংশিজরবী মমাবু মচিনমক্লা ফাঁসী হুকুম তৌখি । মমেদা পুন্না পানমিন্নখিবা খৌদোক ৱাখোককী মওং নি ।

ৱারীগী মতাং অমদা উপন্যাসকারনা অপাবশিংবু নুংশাইবা ঈহৌক অমদা পুখরিমনগা ইখং খং হৌদনা অমংবা নোংনা পৃথিশিন থুংনা কুপশিনখিবগুম চিঠি XXXXX মরোল, '' ভগবান্না থারকপা চারবু নংনা য়োকত্তনা চাওথংহনবগী মহৈদি নংনা চাগনি । অদুগা রনজিৎপু নখোয়গী গোত্রদা পানবদি য়ারোই । নখোয়গী গোত্র পান্দুনা লুহোংবদা শোনবা লাকপা তৌহনগনু , মদু তৌরবদি পাপ চাওরবা ওমা লাককনি । থং দ্রিউৈদি থংদ্রিউৈনি । অতাং অদু হাওবম মচানি, মপানা নিত্যাই কৌই । ত্রৈনা হায়রিবসি শোয়দনা তৌ । নত্রবদি নচা মশক উবা ফংদবস্ য়াই । ''

হায়বসিনা মমা মচা অনিগী মফমদা পৃথিবীনা মথকতা ননবগুম ওক থোক লবস্ মমা মপা মশক থওদ্রবা রনজিৎকীদি লমজিং মৈরা অয়া ওইনা থোকহল্লি । মতৌ অসুমনা উপন্যাসকারনা শাগৎলুবা ৱারীগী শক্তম অমা কুমারী খোইবীদেবীগী চৌদা শাৎপী ইওৈল্লে 'দা মচা অমা ওইনা মমাগী মফমদা তৌফম থোকপা অমদি সমাজদা নৈরিবা অচৌবা সরকারগী কর্ম্মচারিশিং অমসুং নৈবাককী লুচিংবশিংগী মশা মশাগীতা য়েংবা মীওইশিংগী লমচৎ অচুম্বা

মওংদা চুম্থোকনবা হোৎনরকই'। অইবা অসিগী রোহিনী' উপন্যাসতা শেম্ন-গৎলকলিবা থৌদোককী মথং মনাওসু ফজদবা নত্তে। মরু ওইবা থৌদোক য়াথোকশিং কল্পানা শাবনি। কল্পানা শাবা মশিং থৌপু অনিগী নুংশি পনথেংনি। নৈশারীবী মচেম্ব অমনা নৌপৱাগীদমক মশাগী ওইবা য়াথল তুং ওইন্নবা পুন্সি লেনখিবগী য়ারীনি। অসিগুম্বা য়ারী অসিদা থোকলিবা থৌদোক য়াথোক অমগা অমগা মরকতা লৈনবা মরী উৎপদা উপন্যাসকারগী হৈশিংবা ভাবুকশিং মফমদা তশেং তশেংনা উৎলকই। অহানবগী মতমদা নৌনা পলেম পনখৌ হৌফম শাকুম খিরুনবা মনিপুরগীদমক থোংশালুকপদা পুকচেল চাওরবা গৌপালনা থোংবু ওইগিন্নবতা নত্তনা মরি মতা কনা লৈজদ্রবা মনিপুরদা গোপালিনা পুনসিগী ওইনা তেংবাংবা অমা ওইহল্লি।' চিংনবা ' হায়বা মতাংদা সমাজগী অথুবা খিৎয়েং অমদি নুপী ওইবগী অশিকপা পুকচেলনা মী অমবু শেমনিংবা মওংদা ওইহন্নিংবা মওংদা পুবা ওম্মী হায়বা তাকই। লোয়-ন লোয়ননা রোহিনী, গোপাল অনিগী মরিদা চিংনবগী মরু হুনহল্লি। 'খিচৎখিব' হায়বা মতাংদা রোহিনীনা মবুংমকনি হায়না খনজরিবা গোপালগী লোন্নবীনি হায়বা থীরবা মীচৎ অসি ফংহল্লি। মথংদা রোহীনীনা অচুম্বা অমতং থংগে হায়দুর্না গোপালনা মীয়ামনা হায়নরিবা অসিবু অচুম্বরা হায়না হংলুবদা গোপালগী মচল অমা ওইবগী য়াথলদা পুনসি চুংশা নুংশিরবী

নুংশিবীমু হায়না '' তাদা, খোং পায়দুনা হায়জরিবসিনি, করিগুম্বা তাদনা মতুংদা ৱাখল অসি তৌবিরকসলোয় মসু হায়না নিংজে । ঐনা থনজরম্বদু লাল্লমদ্রে তাদা ঐবু ৱীরৌগনু, মীগী মচিন্নগী মংতা তারকপদুনা ৱা শেংদোকচগে হায়দুনা তৌবনি ।'' রোহীনীবু গোপালগী মখোং পায়দুনা হায়জহল্লগা ইমুং মনুং মরাং হৌরকতুনা রোহীনীবু যুম থাদোকতুনা চৎহল্লী । অমরোমদা মৌপ্পাগীদমকতা হিংজবা পুনসিনি হায়বা তাক্লবা চীংগী লমদা হাওনুবী শাদুনা মীনাই ওইনা ৱানা পুনসি লেলহল্লি । অরোইবা ওইনা গোপালখোয়বু চীংগী লমদা হকচাং নুংঙাইনবা মতম থরা লৈরনবা লাকপদা লোৎনা শক লোৎতুনা লৈরিবী রোহিনীনা লৈরিবা চীংগী লম, চুড়াচান্দপুরদা খেং নহল্লি । মতৌ অমুনা খৌদোক ৱাখোককী মথং মনাও উৎপদা খোজেল খুংয়েক মরীক চুম্মী । মতাং অসিদা পনবা য়াবা ৱাফম অমনা ৱারী পরিং শেমগৎলকপদা খোঙথাং অমদি খোঙফম থজিক থজিক শোয়রকপা য়াংরকই । উপন্যাসকারনা য়েক্লমলিবা ৱারীগী মথং মনাও অমগা অমগা মরী নৈনহনবদা খোইদাকনা হৈশিংলবসু মরক মরকতা ৱারীগী মপুং ফাহল্লিবা চরিত্রশিংদা অশোনবা মতাং হেক হেক য়াওরকতবসু

নত্তে । ৱারীগী অহৌবদা গোপালনা রোহিনী মচিন মৌশুৱা মচল অমদি মনাও শক্লা য়োককনি হায়দুনা পুরকই । অদুবু রোহিনীবু গোপালগী অতোনবী ওইগদৌরে হায়না লৈকাইনা ঙাংনবতা নত্তনা মহাককী অৱা নুং-ঙাই কয়াদা শরুক য়াম্নিন্নরিবা মরুপ কানহায়না ফাওবা '' রোহিনী মx চিনx অসিনা ইবুংঙো গোপাল নংগী ননাক্তা ফমুদি শিম দুর্গা অনিনা ঙানখো-ইবা মানখ্রেদা । ইবেমহলনা শাওরোইদবা লৈরবদি রোহিনীসি মুমলেমা ও ওইনা লোশিন্নবা ।'' হায়বদা নোকহুনা তাই । অসিদসু নত্তনা গো-পালনা '' ঐনা খ্রাইদগী নুংশিরিবা মীদি রোহিনীগা নংগনি নত্রগা নংগা রোহিনীগনি ।'' ঐগী ইফমদদি নখোয়নিগী শক্তিদু চপ মান্নে, নখোয়নিসি অত্যা অমনা শক অনি লৌবনি ।'' পুমনমক অসিনা গোপালনা রোহিনীবু মঙলগুমনা অমপুমনা খল্লিবা অতোপ্পা মিৎয়েং অমদা পুরক্নমনা খোকহল্লি । অওইবমক মচন অমবু মাগী পুনসিগী লোয়নবী নুপী অমগা মান্নবা নুংশিবদি ওইখোকতবনি অসিগুম্বা অশোনবা পুকচেলনা অনিগী চিংনবা ময়েক লানা উহল্লি । অদুবু মতাং মতাংগী ওইনা অৱাবা ঈশে অমদি প্রকৃতিগী দৃশ্য কয়ানা পাত্র পাত্রিশিংগী পুকনিংগী অৱাবা নুংঙাইবা মতাং হেক হেক মা - উৎতুনা খোইদোক্নকনা ৱারীগী মতা চান্নহল্লি । অসুমনা অৱানবা চুন্নদবা কয়া য়াওরবসু মপুংগী ওইনা য়েংবা মতমদা অশাবশিংগী খঙ্মোয়বু

পেনহল্লি । উৎপা পামলিবা তাহনবা পামলিবা ফল অদু মক তাহনবা ওমদবা শীতলজিৎকী থৌদোক মথং মনাও নত্তে ।

উপন্যাসকার অর, কে এমাংবগী উপন্যাসতসু মতৌ অসু মনা থৌদোক য়াথোক মথং মথং য়েকলকই । মরীক চুমসু কোঙায়নি ; মতা চাফাত্তবসু  ময়াওই । শমলপনা লালগী দৃশ্য কয়া কল্পনাগা ইরোয়ননা য়েকপা উপন্যাস অসিদা উপন্যাসকারনা মরম য়েক্লিবা থৌদোক য়াথোককী মওং মরীক চুম্মি । অহৌবমকতদা লালনা খুনতাক নানশিনহল্লবা, মথনা মথনতা যুমলিংবা তারমলবা শরত চান্দনী পুন্না অমগী অমগী মতেং পাংনদুনা নৈ-মিন্নখিবা অসিনা মরুপ ওইনখিবগী য়াফম তাকই । পুনসিগী লানফমদা মায়-য়োক্লবা হোৎনবদা মিয়ামগা লোয়ননা থবক শুবচৎলি । মীয়ামদগী মথোয় অনিবু কায়নহনদদুনা লালগী অরা অনা খুদোংথিবা থৌদাক কয়াম্বক শরুক য়াহনবগা লোয়ননা লালগী অকিবা ফংলবা শকফম উংলি । লালগী ইরাং নেমখিবগা লোয়ননা চৎমিন্নবা মীয়ামগা থেংহন্দুনা মযুম মায়কৈ তমনরকপা শিংগী মনুংদা চান্দনী মন্দোনগা থেংনহন্দুনা অরা অনা মাইর মাইরদুনা য়াম্মিন্নরকনবা শরতকা কায়নহল্লক্লবতনা নুংশিবগী মচু লোকই হায়বগুমনা শরত চান্দনী অনিদি নোংমা নোংময়াঙ্গী নিংনবা হেনগৎলকই । অদুবু মতম কাম্লনখ্রবা মবুং সুরজনা শরত চান্দনী অনিবু পুম্সি নৈপুন শেম্মীরম্লগা

লমদম থাপ্পা চৎখি । খম্মোয় পেনবা পোলোয়নি হায়বা য়াই । মরক মরকতা অশোনবা নত্রগা অশেম্বা মতাংসু খর অদুম য়াওই । উপন্যাসকী মৌ দোক ৱাখোক অমগা অমগা মদি লৈনহনবদা মরীক চুমলবসু ৱারী মপুং শা-গৎলকপদা অমদি চরিত্রশিংগী থৌওংশি অশেংবা মান্দবা কয়াসু খেংনদবা নত্তে। শরত চান্দনী হিংনবা পুনসিগী লানফমদা ৱানা লৈবাক লৈঙোই হোন্দুনা পুনসি লেন্নবা হোৎনরম্লগা শরতনা মমান্নবা খরনা লাইরিক তম্বা চৎপা উরগা খবক শুবা তোকখোকতুনা ব্রসু লাইরিক তমলগে হায়না চান্দনীদা লৈত লাইর পুমনমক শিন্নরমলগা লাইরিক তমখিবা অপাবশিংদা অশেংবা থৌওং মানহন্দে। পিক্লিবা গ্যান মপুং ফানা তাদ্রিবানু পীমচা অমনা মী অমবু লাইরিক তমহনবা হোৎনবা হায়বসি ওইখোকতবনি । মতাং অমদা শরত চান্দনী অনি কায়নরবা মতুংদা নায়িকা ওইরিবী চান্দনীনা খাবন্না ফিভৌ ফৌবপুমনা নীংখিজবা মতমদা মালিকা মখোংদা লৈরমলগা ইথং খংহৌদনা ইমুংদা লৎচাক চাকতুনা লৈহন্নম্মী । অসিগুম্বা থৌদোককী অশেংবা মরীক চুমনা তাকলমদবা উপন্যাস-কারগী অশোনবা খুৎয়েকনি অদুমকপু লীথরকল্লিবা ৱারীগী মওংনা মপুং ফাবা উপন্যাসকী থাকতা অদুম থম্মী হায়বা য়াই ।

X XXXXXXXXX XX

এল রামসিংগী থৌদোক ৱাখোকসু অদু মওাই হায়বা য়াই । কল্পনানা শাবা শাবী শানৌ অনিগী অয়ৌবী নুংশি পনখেংনি । কল্লবা নুংশি চৈখেংবু নমহৎতুনা

চৎপা ওমদবদগী ইনোৎ হাপনবা লাইজনা ভাওদুনা চেনবগুম নুংশিবনা ইচেন্নদুনা পলেম পনখৌ, মচিন মনাও পু মনমকX থাদোকলমদুনা নুংশিবা মানা মহেল্লে হায়না জাৎ ওনখিবগী মXX বারীনি। অসিগুম্বা বারী অসিদা খোকনিবা খৌদোককী মথং মXX মনাও অমগা অমগা মরী লৈনহনবদা উ-পন্যাসকারনা খোইদোকনা হৈশিXমXX হৈশিংই । অহানবমকতদা নায়ক না-য়িকা অনিবু ইম্ফালদা নুংশি শৈহৌহল্লি । যামিনীগী ইমুং মনুং খু দোং চারকতবদগী লাইরিক তম্বা তোকলবদসু নবকিশুরসু মেট্রিক পাস তৌহন্দুনা ময়ুমদা লাকহল্লি । মহৌশাগু মনা উন্নবা ফংদ্রবা নায়ক নায়িকা অনিবু সখি কৌবী মতা অমমX পু শিল্লকতুনা অনিগী পুকনিংগী মপাও ফোংদোকহল্লি । নায়ক নায়িকা অনিগী অশেংবা নুংশিবা মশক তাকনবা হোৎনবদা য়ামিনীবু অতোপ্পা অমদা থাজনবা হোম্মনে । মসিনা মরম ওইদুনা নুংশি পন্না পু-মনমকপু নমথেকতুনা লোইনা চেল্লকই । অমরোমদা চীংশিংনা অনিবু মXX তরাম তরাম ওকচহন্দুনা বারীগী মতা চান্নহল্লি। অরোইবদা অইব-না পুখৎলকইবা নায়ক নায়িকা অনিবু চীংগী থাজনবী অমগী চৎনবীদা

শানা শোকহন্দুনা পুন্না থবাই থাহল্লি । মতাং অসিদসু পুন্না হিংমিন্নরম্মী, অদুগা অমুক হল্লকলরোইদবাXX মফম অদুদসু পুন্না খুজেং পালোইনদুনা অনিনা অমতা ওইনা চংথি । অবা পোলোয়গী ফজরবা থাকনি । মরম অসিদা মশাগী ওইবা অইবগী চেকশিলহৌদবা মতাং কয়াসু শোয়দনা

খেং নদবা নত্তে। ফজদে হায়বা নত্তে, মতা খজিক চাফাৎতে হায়বতনি। চৎথরকলিবা ব্রাহ্মীগী মতাং অমদা যামিনী, নবকিশুর অনিনা মমুম মমুম থাদোকলমদু না লোৎনা চংশিন্নবা মতুংদা নবকিশুরগী মপা স্পৃক্তহেনবা। মমুগোলবু হাজটতা থমখি। অদুবু মফম মরান্সু খংদবা কনানা কদাইদগী থারকলিবনো হায়বা ফাওবা খংদবা চিঠিগী মরোল '' ফংলরোই ফংলরোই। থিরিবদো মখোয় অনিগী নৈকম খংলরোই। মতম চানা তাকলককনি ব্রাদনা মতম অদুদা থওগনি। অদুগা থাদোকপিয়ু। মরান নৈত্রবা মহাকপু হাজটতগী থাদোকপিয়ু।'' হেক ফংবগা মমুগোলবু খুদকতা মাজিস্ট্রেটনা ওডর তৌদুনা থাদোকহনবসি উপন্যাসকারগী অশোনবা খুৎমেকনি হায়নিংই। মচা কাইনবগী মৈনা ভাওরবা মমা মপা অনিমক থোকলিবা থৌদোকনা নবকিশোরগা চৎমিন্নখ্রে হায়বসি অদুম মতাকলবনি। অদুবু কৈন্যাদান মাংহনবগীদমক মমুগোলবু ফাদুনা থমলমমকা করিস্নু নৈতবা চিঠি অমা ফংলগা মখোয় অনি চৎমিন্নখ্রবনি হায়না থাদোককদৌবগী শরুক শুকফা ফারমদনা নচা ফংনবা থিরকউ হায়রম্বনা হেন্না মতা চান্নরমগনি। অমরোমদা চিঠিগী মরোল তারগা অনি চৎমিন্নখ্রে হায়না লেপহনবসিসু অইবগী অশোনবা ব্রাথলনি। অদুবু মতাং অমদা উপন্যাসকারনা মেনরিজমগী ব্রাফম ব্রাংনা থাঙৎলকই। নারক শিংলকতা নৈবা শা, কৈনা শাহিং ভাহিং চারবসু মচা নুংশিবা থওবগুম লাকওম ফাওমদ্রবা স্নেহময় হাওয়ামনা নবকিশুর যামিনী অনি তম্না খুৎতা খুৎলাই শায়দুনা চোংশিল্লকপদা

নবকিশ্বরনা '' ইশা হাওবখোই । খব্রাইদদি কনবিয়ু । অমুত্তা ডাইবিখো ঐখোয় অনিবু ডসি চডজফ খিরকপদা চৎফম খংদ্রুদু না মফম অসিদা পান-জরম্মীবনি । ঐখোয় অনিবু ডাকপিয়ু । নচাশিংগা পান্দম ডাক্লি ।''
হায়রকপদা অশাওবনা মাংওইনরবা হাওমক ওইরবসু শাওবা হনথহন্দু না অনিবু কনবিখিবাসিনা মিনু ংশি অমদি ডাকইহৈবা হায়বসিনা অখোইবাগুননি হায়বা তাকই । লোয়ননা হিংচাবগী পুকচেল চেল্লবা শামক ওইরবসু মীনুংশি ফাওবা নত্তে হায়বা মেনরিজমগী ব্রাফমবু উপন্যাসকারনা ব্রানো থাংগৎলকই । পুমনমক অসিগী মথকতা চীং তম অনিগী মরকতা অমনা অমগী মতেং লৌনদুনা হিংমিন্নবগী ব্রাফম মরুওইনা পুথৎলকই ।

উপন্যাসকার পুনশী খুৎইদা খোইদোক হেনদোকনা চেকশিনবা মওং উই । খৌদোক অমদি খৌওংগী মরমদগী খোরকপা খৌদোক অনি অসিথন তমদুনা পুনবা কন্না লাক্লে । অয়াম্বা মতাংদা য়ুগ অসিগী ওইবা ম মায়য়োক্নখিবা উপন্যাসকারগী খুৎইনি হায়বা য়াই । তর্কগী ওইবা ব্রাফমদা মরীক চুম্নবা লাক্লবনা মাগী খুৎইগী মগুন অমনি হায়বা তাকই । মরুওইনা মৈতৈগী ফুঙ্গা নাইবা নাইথাং থমনরিঔগী মতমদা নাইশিং চনবা শিংবু অতোপ্পা লৈবাক অমদা য়োনখোকনবা, চীংগা তমগা ডাই কক্লবা মতুংদা চীংনা তমদা লয়ন খুমনবা হোৎনরকপা অমসুং তোথায় তোথায় তান্নরুরবা চীং তম অমতা ওইবা নীচিংদা পুরকনবা হোৎনবগী ব্রাফম অমা পুথৎলকই ।

ককনখ্রবা মতুংদা চীন্না ওমদা লমন খুমনবা হোৎনরকপা অমসুং তোথায় তোথায় তান্নরুবা চীং ওম অমত্তা ওইবা লীচিংদা পুরক্লবা হোৎনবগী ব্রাক্ষম অমা পুখৎলকই ।

অহানবদা, নাইশিং চল্লবা মপুরোইববু ময়াং লৈবাকতা থাখিবদা নত্তনা ইনাক খুল্লবা অওয়া লৈলুংবগী মিইয়েং চংলবা ওমুবীনা পারিবু পুদুনা নুব্রাংলোন খুন্দা চংজফম নিরবা অসিনা মৈতৈগা চীংমিশিংগা হান্না লৈনরম্বা অমনা অমগী মতেং পাংনরম্বা অদু উৎপতা নত্তনা ওাই শান্নদ্রবা মতুংদা অমনা অমবু য়েংশনবগী মওং উৎলকপদা মতেং পাংহল্লি । পারিনা মু হৈদোকলবগী ব্রাহৌদা মমা মচাবু মৈতৈনি হায়বা থংলকপদগী খুনয়াম হৌদুনা অনিবু তালকপা অমসুং চংজফম পীরম্বী খুল্লাকপীবু খুন্দগী তানখোকপা অসিনা তুংদা চৎথরককদবা ব্রারীগা মরী লৈনহল্লি । মমরোমদা, নিংখৌ মশেন অমগা অমগা ফম মুন্নব্রকপদা লৈবাকী ইরাং হৌরকপা অসিনা ঐতিহাসিক উপন্যাসকী মওং মালহল্লি ।

মথংদা খৌবুম চীংদা শাইদাংবগা লোয়ননা পারি চংনিং অনি নুংশি খোংদামিন্ন রকই । অনিগী মহৌশাগা মান্নদবা শাজৎ উবদা পামহৈবী মমানা

মহাককী অনিংবা পুমনমক মচাদা মথং মথং হায়রকপদা অসিনা তুংদা চৎথরককদবা ৱারীগী মওং তাকই । অনিগী নুংশি লিচিং চেৎনথিবনা নৈবাক ৱাথোক ওইরমগদববু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবা ওইনা থোকহল্লি । পারিগী নুংশি মৈচাকতা ডাওরবী চংনিং থোম্বী ঈশিংদা চোংথদুনা মথনতা শিজরমগে হোৎনরুবনা লুহোংবা কায়খিব অসিনা পারি চংনিং অনিগী নুংশি পনথুং অমদি ময় চীং তম অমিবু অমতা ওইবা লিচিংদা পুরকনবা চংনিংগী চাউরবা থৌদাং অমগুম্বা শাগৎলকলিবা উপন্যাসকারগী প্লোটনি । মতৌ- অসুমনা উপন্যাসকারনা ৱারীগী থৌদোক ৱাথোক মথং মনাও অমগা অমগা মরী লৈনহন্দুনা চীং তম অনিবু অমতা ওইবা লমজিংদা পুরকনবা হোৎনদুনা ৱারীগী পনথুং ওইহল্লি

<u>লমচৎকী মওং :-</u> শোক ১৯৪৭ কী ৫১ ফাওবদা লৈরম্মা লেখকশিংগী পাত্র শেম্বগী মওং মতৌ তশেং তশেংই হায়বা য়াই । লমচৎ অমা য়োকপদা মতম অদুগী ওইবা ৱাখলগা ঈরোইনদুনা লমচৎ য়েক্কপগী ৱাফম লৈরম্মী হায়বা য়াই । মতম অদুদদা চাউরাক্লা পাত্রশিং অসি সমাজদা ময়ামগী ওইবা নত্রগা ললাইগী ওইবা মীওই ওইনা য়েংনরম্মী । মতম অদুগী পাত্রশিং অসি চাউরাকনা তরেৎবা মথলগী পাত্র – অমসুং লৈহৌরোল মওংগী পাত্র অমসুXX অসুমনা অনিথোকনা য়েংবা য়াই । সমাজগী মিহুৎ শিনবগী পাত্রশিং উদবা নত্তে । অদুমকপু মনোবিজ্ঞানগী যুমফমদা হকতুনা শেমনবা মীহুৎশিং পাত্র ওই নদি তৌদে ।

' ইমা' উপন্যাসতা অইবনা শেমগৎলি পাত্রগী মওং অসি য়েকপগী মতুং ইন্না মরীক চুম্মী হায়বা য়াই । উপন্যাসকী পাত্র পাত্রি অমা ওইনা উহনবতা নওনা মথোয়গী অৱা নুংঙাই কয়াদা ত্রথোইবু শরুক য়ামিন্নরুবা তশেংবা মীশক অমগুম উহল্লি । পোকচবী মমা থম্মালগী শক্লম য়েকনবা ওইনদুনা মপুরোইবা শেংনবতা নওনা মথৱাইদগী হেন্না । নুংশি জরবা মচাবু মথাদগী শৎতুনা হুনদোকপিশ্রবদা মচা কায়নবগী মৈচাক, নুপী ওইবী

থু দিং দা ফাওইন্নি । মচাগীদমক অঙাওবীগা পাংথকুরবী থম্লাল নুপী ওইবগী অশোনবা পুকচেল পুমনমক থাদোকতুনা থৌনা ফনা থুঙা থুইলাই পাইদুনা গৌরহরিবু হাৎলুই । মচাগীদমকতা মীপাইজবী মমানা মীহাৎপী অমা ওই-না লোৎনা মচাবু নুংশিবা ওইথোকতবা নত্তে । মচানা মতিক চারবা মীওই অমা ওইরবফাওবদা মগাককী ওইগে থন্দনা মচাগী য়াইফবতা থনজবী থম্লাল-নি । মচানা য়োকচবী মমা রধাবু নুনা চান্না নিংবা উরগা পিরোইননা লেনবন্না লোয়ননা মচাগী অচুম্বা রায়েল অমদি ফজবা মিংচৎ লৈতনবা মীহাৎপী অমগী ফংফম থোকপা দনি মাংখনি য়াথিবনি লেঙ্গুবা মচা নুংশি-বগী মনুংশিনা মপুংনেরবা চরিত্রনি ।

মথংদা য়োকচবী মমা রধা, কাকৈ কাফে চঙলিবা অঙাংবু উবদা নুংশিদবা ওমথিদে । মচা শক্লা নাওকোল্লকই । মচানা মতিক চাবা মীওই অমা ওইরকপগা লোয়ননা অশেংবা পারি পুরিথিরকপা থিরকলবদা মচা কায়নগনি থল্লবদা পিরোইননা লেনকই । অদুবু মনুংশিজবা মচা না নিংজবদি থিংবা য়ৌথিদে, মগী নুঙাইবনা মহাককীসু নুংশাইজবনি থনজবী, মচাদা লুপলবী রধা থা তরা নাওপুদুনা পোকচবা মমা অমগী পাংথকনি । পুমনমক অসিগী মথকতা মচা ওইরিবা রণজিৎ মমাবু

নুংশিজবা মমা ওইবিশিংদগী করিম্ তাবা নত্তে। মমা থম্মালনা পোকচরবস্ মমা রাধাগা থেংনরুবা নুমিৎতগী মমানি হায়না থনজখি। অদুবু বিধিগী তমখিরবা নোংদম অমদগী পোকপা মমা নত্তেহায়বা থংলবা ওবদা মমা মপা অনিবু মহাকপু তানথোকপিগনু হায়জখি। মথংদা মরাইবক খিরবী মমা থম্মালবু অশেংবা মমানি হায়রা থংলবদা বিচারপতি অমা ওইনা মমাগী ব্রা- শক ঙাক্লবা হোৎনবদা অকনবা হুকুম [illegible] তৌখি। রণজিৎ অচুম্বগীদমক তমখিরবা হুকুম পিরবস্ গ্যান তাদনা ব্রানথ ব্রানথনা মমাগী নুংশি মৈচাক থাংলকই। পুমনমক অসিনা মহাককী মমা নুংশিবা মনুংশি অপাবশিংনা শঙ শঙনা উহনবতা নত্তনা মচা ওইবা থুদিংগী থম্মোইদা পালহনবা লেংঙবা মথলগী লমচৎ ঙাকতনি।

লমচৎনা মরুওইনা উপন্যাস ঙাক্তনি 'ইমা' অমসুং 'রোহিনী' সম্যাজদা হাকথেম্মরিবা লমচৎ ময়াম অসিদগী ওইরিবা অমসুং ওইহনবা পাম্মা লমচৎ কয়া শেম্মা অসি উপন্যাসকার শীতলজিৎকী হৈনবীনি। মাগী থুংইদা য়েকলিবা পাত্রাশিং অসি অয়েকপনা থোকতে। চং চং লাওনা হিংদ হিংলিবা মথৱাইপান্দ পাল্লিবা, খোইগী ইরকতা লৈরিবা মীওইমক ওইরবী নিংই-। পাত্রশিং য়েকপগী মতাংদা শীতলজিৎনা আদর্শবু মরুওইবা পনথুং অমা ওইনা

থমখি হায়বসি থাজনিংঙাইনি ।

' রোহিনী ' উপন্যাসতা য়েকলিবা পাত্রশিং অসিদা উপন্যাসকারনা আদর্শ ওইবা চরিত্রশিং না মপুং ওইনা য়েকলকই । নৌনা পলেম পনথৌ কাইনরবী মথোৎ কারকলিবী নৈশাবী অমনা মাগীনি হায়বা হন্না য়েংবদা কনা নৈত্রবা মনিপুরদা পীকলিবা মৌপ্পাবু ময়া শকনা নাওকোন্নকপা অপাবশিং দা তশেং তশেংনা উৎলি । মথোৎ কারকলিবী নৈশাবী অমা ওইরবসু মৌপ্পাগী বাখলদা নুপলবী নৈশাবী রোহিনী মাচাগী বাখলদা নুপলবী মচাগীদমকতা হাত্তন চংবদা মথৌ ওইরিবী মমা অমদগী করিসু তাবা নত্তে । মৌপ্পাবু মতিক চাবা অমা ওইহন্নবা হোৎনবদা সমাজগী মীনোক, অখিবা মিংচৎ কয়া ফংদ্রনসু মৌপ্পাগীদমক হিংখিগে হায়বা থোৎজেগী খুৎয়েক '' ত্রৈ তাইবংপান অসি থাদোককে তৌবনি । অদুবু মোহোন্না চাওবদু অমুকতা X হিংদুনা নৈখিগনিকো ইতা । '' মসিমক্লা রোহিনীগী পুনসি থাঙ্গশেংনা মৌপ্পাগীদমক হিংবনি হায়বা অপাবশিংদা তশেং তশেংনা উৎলি । অসিদসু নত্তনা রোহিনী নহা ওইবগী অমাম নুংশি কয়া ফংদ্রনসু মৌপ্পাগীদমক হিংখিগে হায়বা থোৎজেগী খুৎয়েক '' ত্রৈ তাইবংপান অসি থাদোককে তৌবনি । অদুবু মোহোন্না চাওবদা অমুকতা ইমিৎ অসিনা য়েংখিগে তৌবনি । ত্রৈ অদু ফাওবা হিংদুনা নৈখিগনিকো ইতা ।''

মসিমকনা রোহিনী পুনসি থাঙ্গৎশংনা মৌপুগীদমকনি হায়বা অপাবশিংগীদা তশেং তশংনা উৎলি। অসিদসু নত্তনা রোহিনী, নহা ওইবগী অপাম নুংশি কয়া তুংওইননা মশাগী ওইজবা পুমনমক থাদোবলবীনি। নোংদম খিবা মপোকতা পোকলমলবসু রোহিনী পুমনমককী পুকনিং হু নফমনি। অদুবু মাগী মবুং শকলবা গোপালবু পুনসিগী ওইনা মবুংদা মবুং ওইনা থনজখিবা খোঙ্জেলগী থুৎয়েক '' ইনমা করম্না মদুবু তাদনা ত্রেঙোন্দা হায়রককনি ? হায়রবসু ত্রৈনা মদুবু করম্না য়াফম খোকই। মহাকতি ত্রেগী নুংশিরবা ইবুঙনি, মহাকনা নম্নেল অরানবদা চৎকে হায়দুনা করিপুম্না মতমদা কাওদুনা তৌনকলবসু ত্রৈনা মচনা অশেংবী ওইরবদি করমনা নম্নেল অরানবদা চংহনগনি।'' পুমনমক অসিগী মথকতা মাগী মরমনা ইমুং মহি লাংলকলবদা চীংগী লমদা হাওনুবী শাদুনা পুনসি লেনখিবা অসিনা পুনসিগী অহানবা খোঙহৌদগী লোইবা শাওবাদা অরাবা কোঙ্গাই মায়য়োক্নখিবী অশেংবা লেংদ্রবা মথলগী লমচংনি।

গোপাল:- উপন্যাসকী মপুং ওইরিবা নায়ক গোপালগী অহানবা খোঙহৌদা রোহিনী মচিন মৌপুবু মহাকমকনা পোকমিন্নবা মচল অমসুং মনাওনি হায়না থনখিবদগী পুনসিগী অরোইবা ফাওবদা থনখিবা লেংদ্রবা মথলগী অশেংবা লমচংনি। সমাজগী মীনোক কয়া চংদুনসু — মচিন মৌপুবু নুংশিবগী থুদম মোহোন্না মতিক চারবা মীওই অমা ওইরবদা

'' নহাককী নচেনা [illegible] খনম্মা লুপা লৈ । পাহ অমম্পাওবা যচি লেরদ্রি । নাক অমা মথাই[illegible]সিনা নল্লোনগে হায়রবদি ওককনি । ইয়াম্না পাম্নদি নল্লোনবনা পাম্নী । অদুবু নখোয় নহারোন অসিনদি সরকারগী থবক তৌবা য়াম্না পামনবদু দা ইয়াম্না নংনা পাম্নদা তৌজৌ হায়বনি । ''

পুকচেল চাওরবা গৌপালগী নমচৎ[illegible] হায়বা [illegible]লি ।

ইবেমহল:- অহানবদা নুপী ওইবীগী অংশানবা পুকচেলনা মচল শকলবী রোহিনীবু অতোপ্পা মিচয়েং অমদা য়েংলুরবসু চংথরকলিবা রারীগী মওংদা অমুক হন্না মচন অমা ওইবগী মিংয়েং'' ঐখোয়গীদি রোহি- নী মাংখিবদগী মাগীদমক থবাক্তু চাকশনা হৌজিক শাওবা কাউবা ওমদ্রি । কাওনবা কয়া হোৎনৈ । হোৎনবা অমতা ই থবাইদা শেনবা লৈ ত্রে । অদুনা নং রোহিনীগীদমক ফনেক অসি শেৎনৌ হায়বদা ইনম্মুগী মাই ওাককদরা ?'' হায়র্না রোহিনীগী মতা পানবীদা হায়রকপা অসিনা ইচেমহল অরেংবো মথলগী নমচংনি হায়বা তাকই । অদুবু আদর্শ ওইবা নমচৎতি অদুম মওই ।

গোহন:- নৌনা পলেম পনখ্রৌ কায়নরবসু মহাকপু পোকঞিন্নবা মনাওমকনি হায়না শেম্মীরকলিবা গোপাল অমদি মতৌম্মা ইবেমহলবু রারীগী অরোইবা মতাং শাওবদা খোঙ্জৌনা য়েকলিবা'' । ইতৌমা হৌজিকতি ঐহাকসু [illegible]

নখোয়গী নপালনা চাউরে মীওইবা ওমলগনি । অদু না ঐবু য়েব্দু না হরাওবা ওমনবা হোৎনরো ইচেদা তৌথিবা ওা' খিবগীদমকনি হায়দু না রারিবদু থা- দোকলো ।' হায়না ফোংলিবা অসিনা মোহন লেংদ্রবা মথলগী নমচৎতা আদর্শ ওইবা, তৌবিমল খংলবা চরিত্রনি হায়বা তাকই ।

পু মনমক অসিগী মথকতা নাক য়েৎতা লৈরিবা সমাজগী চৎনবী কয়ানা পাত্রা পাত্রিশিংগী নমচৎ য়েকপা মানা তৌজবা থবককী মহৈ ফংহল্লি ।

গৌদোক xxxxx রাথোকনা মপুং ওইরবা আর, কে এলাংবগী' ''মরুপ অনি' গী খুxxxx খু ৎয়েকসু লেংদবা অমদি ননাইগী ওইবা শত্রুম xxxxxxxxxxxxxxxxxxxxxxxxxx য়েকপদা করিগু মা মতাংদা দর্শন গী রাফম থজিক থজিক থেংনবসু য়াওই । অদু বু অয়াম্বা মতাংদা তরু তরু, তনাল তনাল য়েকথোকপগী শকতি মচোন্দা লৈতবদি নত্তে । উপন্যাস অসিদা মপু' ওইরিবা xxx চরিত্রশিংদি শরত চান্দনী অনিনি । অনিগী অওাং ওইরিবৈগী পু নসিদগী হৌদু না মপুং ফাবা মীওই অময়ম ওইননরকতু না লৌ- ন লৈনথিবা রারী অসিদা অওা' ওইরিবৈ সভাব নিংশি' নি'শিংনা য়েকলিবা লেংদ্রবা মথলগী চরিত্রশিংনি । শরত অওাং ওইনা নাওয়োংশিংনিংঙাই লৈত- বদগী.xx মরুপ ওইনা পু নসিগী খোঙলোয় ওইগে থনখি । অম রোমদা চা-

চান্দনীসু মেদু মঙাই, মথনতায়ু মলেপচবা ওমদবদগী ~~শরতপু~~ শরতকা পুন্না লৈমিন্নদু না অফং অফংবা চামিন্নদু না পুন্সি লেননবা হোৎনরকই । অXXX অঙাং ওইরিবৈদগী অরা নুংগাই শরুক য়ামিন্নরকলবা শরতপু পুন্সিগী নোয়-নবা ওইগে হায়বসিনা চান্দনীগী লেপথুবা ৱাশক ওইখি । অওইবমক শরত-কীদমকXX তা অঙাওবীগা পাংথকনবী চান্দনীনা মাগী ~~মু~~ হোৎনদবা নুমিত্তা মহাককী নুংশিজরবা মন্নোন অমদি মথুয়া পুমনমকপু থাদোকলম্লগা শরতকী মনাকতা'' ঐ মফম অসি থাদোকতু না চৎলরোই ।' হায়না মশাগী ৱাশক ডাকখি । অসু মনা উপন্যাসকারনা চরিত্র অনিমকতা লেংদ্রবা মথলগী লমচৎ না মপুং ওইনা য়েকপা উপন্যাসকারগী থুৎয়েকনি ।

উপন্যাসকার রামসিংগী 'জাৎ ওনবা' দা য়েকলিবা লমচৎশিং অসি-সু ননাই অমদি লেংদ্রবা মথলগীনি হায়বা য়াবনি রামসিংগী কলমদা চৎন-বীগী ৱাফম য়াওরি । মদুগা চৎনবী অসিগী মায়য়োকতা কৎলকপা ৱাকৎপু মাগী চরিত্রশিং দা উবা ফংলি । থৌদোক বু াথোকনা মপুং ওইবা উপন্যাস-তা পাত্রগী মফম X নীংথিনা থাকপা রামসিংগী থুৎইনি । ৱারীগী অহৌবা শরুকতা জাৎ তিন্নদে থংন থংন শকথংনরুবদগী লৌনসি লৈনমি হায়না ৱাশক শন্দোমনরকই । সমাজগী চৎনবী ~~কয়া~~ লৈদুনাসু পুকচেল হোৎবা লৈতে অহোয়ননা ইশান থাগী ডাওনা চেলবা ঈচেলপুম ডাওনা চেনথমিন্নে ।

নুংশিরবা মমা মপা মরুপ মপিজা পুমনমকপু থাদোকতুনা কনা উদ্রবা চী- লৈবাকতা জাৎ ওন্দুনা নুংশি পনথুং ওইমিন্নে চীংমীশিংগী ফিজেৎ xxxx শেৎপতা নত্তনা মিং ফাওবা ' অমেবা, শণ্ডনু ' হায়না ওন্দুনা চীংমিগী মনাৎ পুমনমক মনাৎতা মনাৎকু মনা তৌরকই । অমুমনা চহি কয়াগী মতুং দা পোক্লফম লমদম য়েংবো লাক্লগা নুংশিরবা পলেম পনথৌশিংবু উন্নবদা ম- থোয়গীদমকতা অবা পোৎনু মনয়বা পলেম পনথৌশিং দা মথোয়গী অশেংবা মশক তাকখিদে । অকপা নুংশি লিচিংনী । অমুক হন্না থমলাং থুন্দা না- ক্লবা মতুংদা অনিগী শক তোকলকই । বারীগী হেক হৌবদগী xxxx লেপথ্রবা পুকচেল হোংবা লৈত্রবা হেন্নাং চেৎশিন্নথ্রবা অনিগী পুকচেলনি । নুংশিবগী অবাংবা থাকনি ।

গুনুগী মতাংদদি লমচৎ য়েকশগী লমদা অহোংবা থজিক থজিক লাকই হায়বা য়াই । মিহুৎশিনবগী অমদি ময়ামগী ওইবা ব্যা ফম অসি গুনুদা থজিক চংই । চীং অমসুং তম অনিবু মহুৎ শিনবা পাত্রশিং মণ্ডোন্দা য়াওরি ।' নমন' গী নাক য়েৎতা xxxx উৎনকলিবা সমাজ অমসুং লৈবাককী মরু অদুনা মরুওইনা থোকখিবনা মাগী মরুওইবা

পাত্রশিংনা মহুক্তি শিনবা ওইবা তারকপনি । পুন্না মাপী লমন্দা চরিত্র খুদিংমকপু লেংদবা মখলগী লমচংনা মপুং ওইনা য়েকলম্মী । ব্রারী মপুং ওইরিবী পামহৈবী মপু রোইবা নিংবী অমা ওইনা মশাগী ইজত ডাকনবা হোংনবদা রাাব কোইগাই কোকখোং নাদুনা পুন্সি মেমxxx লোমখি । পারি চংনিং অস্নিxxx অনিগী মফমদসু অদু মডাই । অডাই ওইরিবৈদগী লোনদিনমিন্নরকপনা মপুং মরৈ ফারকলবদসু নুংশি পনখুংনসি ব্রাxx ব্রাতেম-নখি , পারি চংনিংবু নুংশিজরxবদগী মশামক মৈতৌনি অমসুং মশাগীxx পাংগদবা মখৌ য়ামনা ব্রাংলি হায়বা খডলবসু চংনিংবু দি মহাককী ওইগে খনখিবা xxxxxxxxxxxxxxxxxxxxxxxx ব্রারীগী অরোইবদা চংনিংবু খুজেং পান্নোইনদুনা চীংতম অমতা ওইনা চংমিন্নখিবা অমিনা লেংদবা মখলগী লমচংনি হায়বা তাকই । চংনিংসু পাxx পারিগী লমচং তগী শয়া মফৈ অমা ফাওবা তাবা নত্তে । পারি মবুংগা নুংশি পনখুংনসি হায়না ব্রাশকনখিবা নুমিংতগী অতোম্পা অমবু খনজখিদ্রবী চংনিংনি।অম-রোমদা পনখৌমকতxxদগী নুংশিজবা মহাকনা হেন্নি হায়বতা নত্তনা খব্রাই থাগে লেপখিবী চংনিংনি। পুমনমক অসিগা লোয়ননা খুন্নাকপী, খুন্নাকপা অমসুং গাইরেমনং পুমনমকনা মমা মচাবু হেক থেংনবা নুমিংতগী মপা-মমা শকনা নাওকোনবীরকপা ব্রারীগী লোইবা ফাওবাদা পারিবু মচাপু মxxx

অমত্তা ঙাইবী মচানুপী চংনিরু পিদুনা নৈথা তারবা মীনাই য়োংহিং চল্লবা মরৈবাকপু মনিং তমনবা মতেং পীখিবা অসিনা লেংদবা মথলগী নমচৎ ঙাক-তনি হায়বা উ`লি ।

মতৌ অসু মনা অনিশুবা লানজাওবী মতুংদা অহৌবা ওইনা নৈরকপা উপন্যাসশিংদি নমচৎ য়েকপা অসিমক য়ামনমক লুনা তৌজখি । নমচৎ মশং মথং য়েকতুনা লাকনবনা উপন্যাসকারগী চাওরকা থৌদোং অমা ওইখি । মতম অদুগী পাত্র অমুক অয়াম্বা মতম অদুগী সমাজগী মীরোলনি হায়বা য়াই । আর্দশনা থৌইনশিন পীরবা উপন্যাসকারশিংগী খু`ইনি । আর্দশবু লুনা তৌখিবা উপন্যাসকারশিংনি। য়থার্থগী লায়ু মদা য়েকখিবা চরিত্রশিংসু অয়াম্ব না অর্দশরোমদা নৈশিল্লকপা থে`নৈ । অফবা ফত্তবগা অচুম্বগা অরানবগা চ তেরু তরু নশেং তশেংনা মুন্নখিবগী ব্রাফমসু অদুমক মরৈ । তৌবতবু ' সত্য মেব জয়তে ' হায়বগী থাজবদা পাত্রগী থোংহৌ অমসুং পোনোয় ওইখিবা উপন্যাসকী তাওকক অমনি হায়না লৌবা কায়দে ।

------------------

য

ৱারী ৱাতাই :-
--------

ৱারী ৱাতাই ( কথোপকথন ) :—

অসিমক উপন্যাসতা থাইদগী চাওরবা মতাংদু বা পোংচংনি হায়না লৌবা য়াই । ৱারী মথা চংথহনবা, উংতি উংতবা , খোকতি খোকখিবা, খৌদোক কয়া শমনা তম্বা, নমচৎ শেমগৎপা নত্রগা মী মশক উৎপা অসিনচিংবা থ- বক কয়ামরুম অসি ৱারীৱাতাইগী মতেংনা শাংখোক ই । মুগ অসিদা নৈরম্বা উপন্যাসকারকুশিংনা ৱারী ৱাতাইবু থাইদগী হেন্না মকক ফরবা খুদমাই অমকুম অমগুম শিজিন্নবমকতি তৌরমদে অদুবু মতা চাবা মতংদদি ইবা খেংনৈ । ইমা উপন্যাসতা উপন্যাসকারনা তেলপ তেলপ মরীক চুমনা ৱারী শাহনবা খেংনৈ । থম্মোয়গী অইবা ৱাকম কয়া অপাবগী থম্মোয়দা পানবা য়াবগী ম- ওংদা ৱাহৈ ৱাতা থন থনদুনা শিজিনবা অসিনা উপন্যাসকার শীতলজিৎকী খুদংইনি । ৱারীগী মতাং অমদা রনজিৎ মমা রাধা অমদি হাওতোম্বী অহু ম- না ভাংনরিবা ৱাঙাং শা-ভাং অপাবা খুদিংগী থম্মোয়দা অশেংবা মমা মচানু- নুংশিবা মশক তাকই ।-- রনজিৎ ।''

' ইমা হাওতোম্বী, জগম্নপু মুনা অমত্তা ওইগ্রবসু ইমাবু থাদোকতুনা ঐহাক শিদ্রিবা পাওবা কদাইদসু চৎলোই ।'

নুঙশিদা নরাহৈদু তাবদা ইবুঙো । হাওতোম্বী ইবেম্মা রারুনু করি তৌনি ? নঃ ঐনা অম্মা ওম্মা নত্তে । নচানা শিবফাওবা থাদোকপা ওমলোই ।

রাধা:- ইচে রনজিৎনা ঐবু থাদোককনি ষায়ংপী চিংনবা নত্তেনে , মাবু চিংদুনা পুখিনি হায়বগী খনবনিনে ।

হাওতোম্বী:-ইবেম্মা রধা, নংনা অদুক য়ামনা চিংনরিববু করিগীনো ? চহি কুম্লোম অসিগী মনুংদা নচানসু মতিক চারবা ষী অমা ওইরদুনা লৈরবা অসিফাও থোরকত্রবা মমা মপাবু হৌজিক অমুক কদাইদগী থোরককদৌরিবনো ? তানিংদেদা নং অসিনা তৌজ শাববু ।

অদুবু করিগু করিগুম্মা মতাংদা মী মী অমনা ডাইবদা য়ামনা শাংমন্না থেংখিবসু য়াওই । অদুমকপু নাইতোম ডাইবদা নত্রগা নীংশিংবগী মতাংদা কা হেনখিবদি নত্তে । লেখক অসিগী' রোহিনী' উপন্যাসতা রারী রাতাইনা লমচৎ নীংখিজনা শাগৎকে লাকনে । মরু ওইবী পাত্র অমা ওই রিবী রোহিনীগী লমচৎ য়েকপা রারী রাতাইতনা মপুং ওই হায়বমক য়াই । অহানবমকতদা রোহিনীগী লমচৎতা অমকপা থজিক নৈ সম্মকমি নৈ ম হায়না চিংনবসি গোপালগা পানবীগনা শাবা রারীদগী থজিক থওবা ওম্মী ।-

'' পানবী:-তাদা ত্রখোইগী ইত্যাসি পুশিনবদি ইনম্মুনা চিꣳনদ্রা ?

গোপাল-- থꣳদেদা ইবেম্মা, চিংনফমদি থোকতে ।, করিনা ত্রনদি ----

পানবী:-তাদাবু সুসক পুকচেল মাꣳই মায়বা নত্তেদা অদুদা মী পুমনমক-নদি পংতাংদা অংনবা তাবগী হায়বনি । গোপাল-- ইবেম্মা মীগী মচিন পাইদুনা মেনশিন্নবদি য়াদ্দেদো ।'' অমুকসু গোপালগা ইবেমহলগা ব্রারী শান্নবদা মোমসী রোহিনীবু থাঙ্গেশেংনা গোপালগী অতোনবী ওইগদৌরে হায়বা চিꣳনবা অদু থাঙ্গেশেংনা লেপনবা হোꣳনৈ । -

'' গোপাল:-ইবেমহল, ত্রনা থ্রাইদগী নুংশিরিবা মীদি রোহিনীগা নংগনি নত্রগা নংগা রোহিনীগনি ।

ইবেমহল-'' ও থংলে ।'' ত্রখোই অনিগী মরকতা অমা কাইনর-গা অমদুনা ইবুংঙো নংবু থাইনা মৈচাকগী কোকহনবা ওমগদ্রা ?

গোপাল:- ওমগনি ত্রগী ইফমদদি নখোয়নিগী শকতিদু চপ মান্নে নখোইনিসি অত্যা অমনা শক অনি লৌবনি ।''

মতৌ অমুম তৌনা উপন্যাসতা খোইনা উৎতবা খোদোকসু ব্রারী ব্রাতাইনা থংহল্লি । রোহিনীনা ~~গোপালবু~~ মুম থাদোকতুনা চꣳথিবগী অহিং অদু-গী ব্রারী খোদোক ওইনদি উৎত্রগা পানবীনা শারকপা ব্রারীদগী থংহল্লি --

পানবী - মহাক মনিপুর থাদোকতুনা চৎপা তারে হায়রম্মী । অসিসু হায়রম্মী, তাদখোইনা হংলরগা ত্রখোয়গীদা লাকলমদে হায়মু হায়না ।

অদু দা ঐনা কন্না থাম্মী । পাজিসু ইমাসু য়াওনা কন্না থাম্মী । চ'কে হা-য়রবসু নোংথাল্লগা চৎলু নোং নুংশিৎ মরকতা করমনা চৎকেগে হায়না থাম্বু মহাকনা শুকয়া য়ারমদে । অহিং দু দা তাদথোইদা তাকপা নাককদম্ব মুসসু অহিং মতাম্বু দা ঐথোয় কনামতা চংপা খুঁমলমদ্রে । অদু নানি ঐনা খ' ঙিবাতাদনা মহাক থিবা লাকলিবনি হায়বসে ।''

গোপাল:- মহাক মনিপুর থাদোকলগা অসামদা চৎকনি হায়রমব্রা পানবী--- হায়রমদে তাদ, মফম অমতা তাকলম্মু, য়াদে মহাক্না হায়রম্বু অসিমদি হায়রম্মী, করিগ্‌ম্বা মনিপুর থাদোকলবসু মহাকপু থিবা থংবা তারবদি তাইবংপাল অসি থাদোককনি হায়রম্মী ।''

অার, কে এলাংবশী ' মরুপ অনি' হায়বা উপন্যাসতা চৎখরিবা ব্রারী ব্রাতাইগী মওং থোৎলি মে'ই অসিগা লোয়ন লোয়ননা হিংদ হিংলিব পাঐশিংগী ব্রাহে ব্রাতা মাল্লি । পাত্র পাত্র অদুগী মতা য়েং য়েংদুনা ব্রারী শাবা অমসুং শাহনবা অসিমক এলাংবশী মপুন অমনি । অতাং ওইরিবা শরত অমসুং চান্দনীনা লাইথি শানিবদা তাংনরিবা -

'' চান্দনী-- শরত নংগী লাইদি লাকলব্রা-এঃ চাকপু লোইদ্রি । সে মতা পী মনাকতা ফমহল্লু ।

শরত:-- লাইথু রম্মা চৎনুমি হায়দুনা হব্রা পুরকলগা

নংসে চাক ওনথোকনা থেংগ্নে ।

চান্দনী:- চফু উয়ান্না পিকপনে, ত্রেগী অঙাংসে ( লাইদিদা' ✱ পাওথোল য়াদেনে -- থুম লৈতদুনা এনশাংসে মুনদ্রেনে ।

সরত:-- থুমবুদি ত্রৈ লৈরুগেনে - মহাকনা উনা অমদা থুম থর হাপলগা চান্দনীদা পিরম্মী ।

চান্দনী:- চাক লোয়রে চাক লোয়রে , ইচাশিং চাক নালমলগনি । অসি হায়দুনা থি মচা অমমম খিন্দা থারম্মী, অদুগা লাইদি পরেং পরেং ফমহল্লম্মী মহাকনা চাক য়েল্ল, য়েল্লদুনা ইমানা ওক্লুবা চাক হাপকনি ।

সরত:- এঃ ওকলে, ওকলে ত্রেগী অঙাশিংসে মশা ওমদেনে চাক য়ামনা পিজরবদি নাগনিনে । '' মসিমকনা লৌথুপ লৌকোয় লৈত্রবা শান্নজবতনা শিনথাং ওইরবা অঙাগী পুনসি তাকই । অসিদসু নত্তনা লানগী মকরতা অকিবা অমসুং অঙকপনা থল্লবা কয়া উবা মতাংদা থনি- বা অমদি অঙকপগা মাং ওইননা শারকপা ব্লারী ব্লাতাই তশেং নমক মরিক চুম্মী ।

চান্দনী:- '' এরোপ্লেন উদ্রেনে মশিং খিবা , উশানা থুমজিনগ্নে ।

সরত:- চান্দনীদা মুন্না য়েলম্মী'। বোমনা শানজনি নংশিরদি নাজনি ।

চান্দনী:- মথকতা য়েংখৎলমই নুংশিদ্রা সুক য়ামনা পিসিবু নুংশিদ্রনে ।

সরত:- এ য়েংজনু সিফাইসে শিরিসিনি ।

চান্দনী:- করিগীনো পাইরিসে ।

সরত:- মথেইগী মী মাংখিদুনা খিরিবনি ।

চX চান্দনী:- অদু দি শিংগাই ময়ামসিদা লাকইসে করিগীনো ।।

সরত:- মরু লুXX নুকথরমই । অা তা য়েনবা লাকইবা ।

চান্দনী:- মখু চিকলমই X উম তল হাওত্রদো ।

সরত:- ঈ থকই হায়বদো সিফাই চৌরোক তোই হায়না। ''

অসুমনা উপন্যাসকারনা শিজিন্নরমজিবা ৱাহৈ ৱাতা অয়াম্বা মতম অদুদা শিজিন্নরম্বা ৱাহৈ ৱাতাশিংদা নৈতেংগা লোয়ননা নিংখিজবা মওংদা মরিক চুম্বা শিজিন্নরম্বনি ।

এল রামসিংগী' জাৎ ওনবা' উপন্যাসতি ৱারী ৱাতাই পংয়াম য়ামনা য়াওদে হায়বা য়াই , ৱারী লীথবগী XX চাংনা হেনখিবনা, অদুবু মফম চাবা অমসুং মতম চাবা থরদা নিংখিজবা ইথিন কয়া

ইরোইননা ফেৎরেক্ষই ফেৎদোকই হায়বসিদি তশেংবমক্নি। নবকিশুর অমসুং মামিনীগী মমা রাধেগা য়ারী শাবদা সংসারগী অয়া নুংঙাইগী অশেংবা ম মশক তাকই ।---

রাধে:- থংদ্রেদা ইবুংঙো । ইমাখোইসু থয়াই অসি ইনুং নুংঙাইত্রে নচনসু লাইরিক তয়া তোকহল্লে। মাগী শাকুংনগা লংফেদা লৈ-থিবনে , লাইরবা অসিনা পৌবিংঙাই হীলে লৈত্রে । অয়াবগী অয়াবা তাকত মঙাইশিন্নকনে । '

নবকিশুর:- অহোই ইমা । সংসার হায়বসি অয়া নুংঙাই কয়াগী শথাপ মতু ইন্না চৎপা ওঁাকনি অমুক নোকপা অমুক কপ্পা অসু মনা পুক্সি অসি লেনবা হায়বদুনি। পুমনমক অসিগী অরোইবা ওমখৈদি শিবনিদো ইমা । অদুনা শিদ্রিফাওবা য়ারবসু নুংঙাইরবসু থাংবা তাই ।" অসিদসু নওনা মমা মপা ওইবশিংনা মচাশিংবু নুংশিজবা অমাদি মচা ওইবাশিংনা মপা মমাবু নুংশিজবা উৎনবা হোৎনবদা মতম কুইনা উনথি-দবা জাৎ ওন্দুনা লৈথুবা নবকিশুর জামিনী অনিনা অরোনবা ফ্রিজেৎতা শক লোৎনা লাকলগা য়ারী য়াতাই শান্নহল্লি --

নবকিশুর:- '' ওসি ইমা ইপা অনিনা অতোল্লবা হাও মচা অহুম-বু থাইগৈশংবা নচাশিংগী শান্দগুমনা তৌবিরিবা অসি হন্দক মপোককী ত্রথোইনা অমুক লম্মালশিংবা ওঁয়ারোইকো ।

নবকিশুরগী মমা মপা -- ইচাশা । নখোইনা হায়রিবা অদু মকনা হেক মওক্নে । নখোয়গী নতৌ অসি উবদা য়ামনা নুং শিখ্রে ।

দশু মতিঃ-- ইমা । বাজি । নিপামচা অসি নুংশিদ্রা ? ঐখোই-[illegible] তাচৌ মান্দ্রা য়েংবিয়ু ।

নবকিশুরঃ-- ঐগীসু ইমু মদা নহাককু মী নুংশিরবী ইচন অমথক লৈহৌই [illegible] ওসি মতম কুইনগী তুংদা ইচন নহাকপু উবদা নবুংনা পুনসি অসিমগীদি অরোইবা অমা ওইনা নুংশিখ্রে । নবুংগী থম্মোয় অসি কপতবা ওমখিদ্রে ।'' অসু মনা মতাং মতাংগী মতা চাবা ম[illegible]দা অপাবাশিংবু শুমহৎপা ম[illegible]দা পুথ নবা হোৎনৈ। উপন্যাসকার অসি-গী খুৎইদা য়ারী মথা চংথবা থৌদোক তম্মা অদুম য়া[illegible] য়াওরি । ওাংবদা [illegible] শিজিন্নবা য়াহৈ য়াতানা নম্মা থোকই । থজিক্তংগী ওইবা য়াফমনা কাচিনগী [illegible]ইবা থৌদোক য়াথোক কয়া তমথোকপা অসিমক রামসিং-গী ফজবনি ।

হিজবা পুনংগী ' নমন ' য়ৌরকপদা য়ারী য়াতাইগী শক-তম অমা ওল্লকই হায়বা য়াই । হৌখিবা উপন্যাসশিংদগী ' নমন' দনা X হেন্না য়ারী য়াতাইগী চাং য়াওই । চাংতদা নওনা [illegible]মুসু [illegible]হল্লি হায়না লৌবা য়াই । তেলপ তেলপ ওাংনবা য়াতাংনো হৌখিবা মতম অসুং হৌজিককী

মতমবু পুন্না কোনিষ্টিশনুবা লাকনবনি । তমু বীগ মৌপু তোম্মানা নুবাংলোন কবুই খুন্দা তোন্না খিনবা লাকপদা অনিনা ভাঙুনরিবা বুগাডাং শা ভাং '' মৈতৈগা কবুইগা অহানবদা মরুপ শানুরম্মনি , চীংগী মীচেন অমা মৈতৈ নিংখোৌনা লোৎলুই হায়দুনা কবুই নিংখোৌনা মংশ৫ অমমগীxxx তোনবদগী মরি পুমনমক চৎনম্নবনি ।'' হায়রিবমিনা চীং অমদি তমগী ওইরিবা ফিভম তাকই । অরোইবা মতাংদা পারিনা মপাগী খোঙ্গুল লিবা চৎনুবদগী তেমুক কবুই খুন্দা হল্লকতুনা খুন্নাকপা,গাইরেমনং অমসুং চনিং খোম্মী পুমনমক ওইদুনা চীং তম অমত্তা ওইবগী লিচিংদা পুংকই --

" পারি--- লাকপগী অমত্তা ওইরবি চীংলাইবককী শিংভেল তম্ফা চংনিংখোম্মীবু নিজগে লাকপনি ।

খুন্নাকপা---- ইশাবু করি হায়য়ুগে । নহাকথককী চংনিং তাংতাওবী ওইরবনি, ইপাসু খঙই । নংবু পোকপী নমানদি ম্মারমদুব্রা চিংনৈ ইপানা ।

পারি-- ইমানা ইতিক ইপা নত্তে হায়না হায়জবা ওমলমদবনি ।

খুন্নাকপা-- ত্রখোয়দি কবুইনি চীংদা তোংবনি , নহাকনা অতো প--নি মৈতৈনি ।

পারি--- ত্রসু নখোয়গী নরকতা নখোয়গী নচাক নরন্না চাওরকপ-নি ।

গাইরেমনং-- চংনিং মপুক্কা তাবা পারি মখনতনি মৈতৈ ওইরবসু ওইদুনু

ওইসনু চঃনিং বু মতোন্দা শিবনা চু য়্যী ।

থুল্লাকপাঃ-- ঐগী চঃনিং বু মৈতৈ লৈবাকতা চৎহনখিবা তারব্রা ?

গাইরেমনঃ-- নিংতোলগী হৌনাশানি । মৈতৈ লৈবাক অরাংপা নত্তে য়ু ংলোন্নহনি , থাপতোকনবা য়াদ্রবনি । ইনেম লাকপীনা শিদ্রিউদা হায়রমই- মৈতৈ নওনা চীংগী কনাসু লৈতে, মৈতৈগীসু ঐথোঙ্বা নওনা লৈতে ।''

অদু মকপু করি করিগু য়্যা মতাংদা নমদম তামনা লৈগ্রবা চীংমীগী মচন্দিগী নিংগিজগ্রবা লৈশি লৈথোল্লবা অমদি [redacted] অতাং ওইরিব পারিগী মচিন্দগী করি করিগু য়্যা মতাংদা থোরকপা ফজবা ব্রাখল চেল্লবা ব্রাতাং শিং মতা থজিক চাফাৎতে । অদু মনদি ওইরবদা চংথরিবা ব্রারী লিশাং তসিদা পীবা পামলিবা অমদি ফোংদোকপা পামলিবা ব্রাফম পু মনমক ব্রারি ব্রাতাইনা ফোংদোকই হায়রদা হায়মনবা থোকলোয় । পারি মমা মচানা মপু রোইবা চাওবগী থোঙ্গুল লিবা লাকপদা ব্রাখলনা অব্রা থোংলু মনরবী তমুবী মমা মচানা তাংনেরিবা [redacted] ব্রাতাংনা মমা অমা ওইনা মচানা পাংথাকহনিং লিবা মথৌ তকাই । - '' তমুরী ইমানা নীতলিবসি তানবা ওমপনি থাজদ্রে

পারি-- করিম্ নুংশা থিগনু ইমা । নহানমথৈ ব্রাহ্মণবগী চৈনা খোননি ।

তম্বী-- ইমানা নৈত্রবদা নহাকনা করমনা নৈহৌশনি ব্রাথ্রে ইমাদি মতম পুমনমকতা থুম্লাকপবু হাওবী নবেলবু চংনিংবু খাওগনু মখোয়গী লমদা তোল্লিবনি ইমা ইমানা । ইমাদি ওনথোকনা নিংওমদ্রে চংনিংগী থনবদা ইমাবু ব্রারোনু ।

'' ইমা লৈবাক মৈতৈ মৈতৈ লৈবাকপু কাওগনু ইবুংঙো নংগু ম্না মীনাই কয়া কয়া নৈহৌরিবা তদুগী তব্রাবা কোকনবা [illegible] হোৎনরকউ ইমাগী লমন শিংবা ওইম্ম ইমানা লাল্লকতবা ওইরবদি নমা লৈবাককীদমক নথব্রাই কৎপা ওমজৌ ইমানা নংগী ননিং থুংহনবা ওমলমদ্রে ।X ত্রৈনা লানথ্রে [illegible] নংতোন্দা , চংনিংদা ।'' অম্বকম্ চাওবগী তাংদাইবা অমা থংনবা হোৎনবদা ম্নাইমা কৌবা তহল তমগী মচিন্দগী তশেংবা খৌদাকং পুমনমক থংলকই -- ইবেম্ম্যা নহাকপু চাওবগী ।

তম্বী-- মানি ত্রৈহাক [illegible]X নুপীনি ।

ম্নাইমা:-ত্রৈবুদি থইলিব্রা । [illegible]X ত্রৈহাকসু [illegible] শেলুবেগীদা লৈরম্না ম্নাইমা হায়বদুনি , মফম অমিদ । চাওবগা লোয়ননা লাকমিল্লবনি ।

[illegible]X তম্বী--- তাদা মহাককী লৈফম কৈদনো ।?

য়াইয়া-- নমা নচানা নাকপনাসি থিনথ্রে চাওবদি নখোইবু ঙা-ইবা ঙমলমদ্রে ।' মতৌ অসুমনা চৎথরিবা ৱারী মপুংদা পুন্না ৱারী ৱাতাইনা পাত্রে থুদিংমকপু মশক তাকপদা নত্তনা খৌদোক ৱাখোক পুমনমক মতাং চানা শুপচিল্লি হায়বসিমু অচুম্বা ৱাফমনি ।

---------

খুৎলানখোক:-

শৈশিলী মতাংদা উপন্যাসকার খুদিংমক তোপ তোপ তাজবা খুৎই অমমম অদুমক লোয়নজে । মদুমক মান্নরবসু মী অমগা অমগা শক মান্নবিগুম ব্রাখলগী করিগুম্বা ইথিল অমা ফোংদোকপা মতাংদসু অমগা অমগা লোয়না খেৎনৈ । মীওইবগী মপানথোংগী শকতম খেৎনবগা লোয়নন্না ব্রাখলসু খেন্নবা তাকতনি; অদুগুমনা সাহিত্যদসু তোঙান তোঙানবা সাহিত্যকারশিংগী খুৎফোংদোকসু থৈন্নে । সাহিত্যগী মচাক মরাং কায়না নৈরবসু ফোংদোকলিরা লোল খুৎইনবু ফজদ্রবদি অফবা মথলগী সাহিত্য ওইবা ঙমদে শমনা হায়রবদা সাহিত্যদা খুৎলোনখোককী মফম শৈশক থংলবী নৈরাব্রী অমগা পাংথকনি । চপ মান্নবা থোকচোক থৌদোক অমবু তোঙান তোঙানবা মীওইনা তমলকপদা মান্নরে হাই হায়বসি মশানা তাবনি । থম্মোয়গী ওইবা পাওদম নত্রগা লৌশিংগী ওইবা পাওদমদা উপন্যাসকার মশাগী হৈনজবা পামজবা পুমনমক য়াওরবা ঙাওনা থেংনৈ ? খেংনফমসু থোকই । উপন্যাসকার শীতলজিৎকী ' ইমাংদা শাগৎলিবা ব্রারী মওং অমদি ব্রারীগী লিশাং চৎথরকপদা

কিশি অমুক অমুক কিশিন্দু না অপাবাশিংবু মথা পাথহনবিংবো ঈহৌ অমা ত-ত্তনা পোকই । পাত্র পাত্রি খুদিংমকতা মানা মানা তৌজবা লমচৎকী ফল ফংহল্লি । শমনা হায়রবদা " Character is the destiny of human being." হায়বমক খোকহল্লি ।

অহানবমকতদা ব্রারীগী অহৌবদা শিরমলিবা'' করি তৌরমই নংদি সিদা ,' ঈমা ত্রৈদি সিদা তুমই ।'' হায়বা ব্রাহং পাওথুম অনি অসিনা অপাবশিংদা করম্না মথলগী মমা ওইগদৌরিবনো হায়বা অমগা লোয়ননা মথা পাথহনবিংবা পোকহল্লি । অত্তহবমক ব্রারীগী মথা চৎথরকপদা মচা পোকতবী নুপী কয়াসু মচাগী নুংশিবা প্রেম লৈতবা নত্তে । মতাং মতাংগী ওইনা য়োকচবনি হায়বা থংলবসু অয়োকপী মসাক্ষীX মহাককী মনুংশিনা মমাদা মমাগী শত্রুমগা লোয়ননা ভাবুকশিংদা কিখিবা কিশি খোরকই । য়েসিদসু নত্তনা পাত্র পাত্রিশিংগী লমচৎ য়েকপদা হেন্না ফজবা মওংদা উৎনবা চাংদম চাংদমনদ্না য়েকপা খোঙ্জেংগী থুৎয়েকনি মচা নুংশিবদা মমাগী শকলোন অনি , অদুগা অচুম্বা ব্রায়েন তাক্লবা হোৎনবাদা মিচং শঙ্গল, অচান সিয়াইX মিরান নাইরবা কৃষ্ণচন্দ্র । অসুমনা অপাবাশিংদা তশেং তশেং-না উৎতুনা লমচৎ য়েকনবা হোৎনৈ । উপন্যাসকারনা ক্লাকী ব্রারীগী

শকথৎদবা চিঠিনা অপাবশিংবু ঙাইহাক ঙাইহাক অপনবা শিরবসু অমৃতগু মনা নুংবা মমা মচাসু নুংশিবগী ঈচেল অতৎপা নৈতনা চেনথরকই। শম্না হায়রবদা নৈর নৈরগা অমৃত খোরকপা উপন্যাসকারগী খোঙ্জেলগী খুৎয়েকনি। করিগুম্বা অমা খুপতুনা থম্না অদুগা খুপলিবা ৱাফম অদু তপ্না তপ্না হাংদোরকপা কিশি মথং মথং খোরকপা অরোইবদা পুমনমক হাংদোরকপা উপন্যাসকার শরৎতনজিৎকী ফোংদোকপগী মওং অমনি। অহানবগী ৱাহৈ থরনা তুংদা লাককদবা ৱাহৈশিং পানিং হন্নবা কন্না লাকনবা উপন্যাসকারনি।

উপন্যাসকার অসিগী অসিX রোহিনী উপন্যাসতসু অসিগুম্বা মথলগী খুৎলানখোক অসি মওং অমদা নত্রগা অমদা উই। রোহিনীদা য়েকলিবা খোঁদোক ৱাখোক মথং মনাও অমদি লমচৎ শেমুদা খোইদোকনা হৈশিংই। মচিন মোপ্না নুংশিনবনা মপুং ওইবা উপন্যাস অসিদা নৌরবী মচেম অমনা মৌপ্নাগীদমক মশাগী ওইজবা পুমনমক থাদোকতুনা মমা শক্না নাওকোল্লকপা উপন্যাস অসিনা উপন্যাসকারনা ৱারীদগী তোংঙাননা নৈরপা মরক মংরকতা মশাগী ওইবা মত ফোংদোকতুনা অপাবশিংদা ৱারীগী পনথুং তান্না চেনথমিন্নে। রোহিনী মচিন মৌপ্নাগা গোপালগা থেংনবা মতাংদা ঈশ্বরনা মচিন মোপ্না অনিগী মথুৎতগী মপাগা মমাগবু লৌশিনখিত্রে

অদুগা অমুক মপা মমা নৈত্রবা পাখং মচা অমবু মথোয়গী মপাগুম মবুং-গুম য়েংশিন্নবা পিবিরি। থৌজাল হৈতেসু করমনা হায়সিগে ঈশ্বরবু। মাগী থবক পাংথোক্কবগী লম্বীদা থৌজাল উৎফম চানা চানা উৎপা নত্তনা করি হায়সিবা।'' সমাজগী অথুবা মীৎয়েংদা মৈবু গোপালগী অতোনবী ওইগদৌরে হায়না ভাম্নরকপা মতাংদা উপন্যাসকারনা ফোং দোকলিবা '' "মীংচৎ অখিবনা নৈরাক ফাওবদি অপবা ফৎতবা মী পুমনমকতা পাম্মা নত্তে। হুরানববু হুরানবা হায়রগা শাওনরিবা সংসারনি। অদুবু হুরানবাশিংদুনা নৎতবা থবক অসিদমু তোকলগে হায়না নিংদ্রবসু মীগী মচিন্দা মথোইগী ফৎতবা থবক অদুগী মরমদা ব্রা ভাংনবদি তোকহনগে হায়না নিংবা ভাকতনি। তৌইগুমসুং রোহিনীদি থাঙ্গেশেংবা বদনাম তৌবা য়াবা মী নত্তবদা নত্তনা মীনা খিনা ভাংবদা থাংবা ওম্মা নুপীসু নৎলমদে। মহাকনা থাংগ হায়-দুনা কয়া তৌদুনসু কয়া কুইগনি।"

ব্রারীগী মপুং ওইরিবা পাত্রা পাত্রিশিংগী লমচৎ য়োকপা মতাংদা সমাজগী অথুবা মিৎয়েংনা পাত্র পাত্রিশিংগী অশেংবা মশক তাকই। রোহিনী-বু গোপালগী লোন্নবী ওইগদৌরে হায়না ভাংনরকপা মতাংদা রোহিনীগী অশেংবা মশক তাকই। ইনম্মা করমনা মদুবু তাদনা ত্রেঙোন্দা হায়রককনি?

হায়ুরবসু ঐনা মদুবু করমনা য়াফম থোকই মহাকটি ঐগী নুংশিরবা ইসু ইবুংনি। মহাকনা লম্বেল অরানবদা চৎকে হায়দুনা করিগুম্বা মতমদা কাওদুনা তৌরকলবসু ঐনা মচন অশেংবী অমা ওইরবদি করমনা লম্বেল অরানবদা চৎহনগনি।'' অসিদসু নত্তনা গোপালগী মফমদসু মচন অমা ওইবগী নুংশিবা মনুংশি থোৎজেনা য়েকলকই।---- '' বিষ্ণু বিষ্ণু করি বৃনোু ইবেম্যা ? ঐদি নংবু ইচলগী বৃাখলদগী অতোপ্পা অমা ওইনা থলুদে ঐগী ননম্যাসি পুনসিসিগী নুংশিরবী ওইরবদি কনামতনা মহুৎ শিনবা য়ারাই হায়বসে ঐতনা থংই। মসি ননম্যা খাওবা থাজদে মী অতৈনদি করমনা থাজগনি। মীনা ভাংবদি ঐসু ঐসু তাই থওইনা তাবিদে। নংসু তদুমনা তারুনু।

বৃারী লীবগী মতাংদা থৌদোকনা হান্না লীরগা পাত্র মশকনা কোন্না তাকপা নত্রগা হান্না বৃামাং য়ানথোকলগা কোন্না বৃারী চৎথরকপা অসিনা উপন্যাসকারগী থোইদোকপা মপুননি। রোহিনীনা যুম থাদোকতুনা চৎখ্রবা অমদি মহাকপু মফম খুদিংমকতা খিনম্নবা মতুংদা মহাকনা যুম থাদোকখিবগী ভওং লিখরকই, অসিদসু নত্তনা রোহিনীনা অমুক মোহোন লুহোংগদৌরে তাবদা মথৱাই নুংঙাইতনা লৈবগী মরম মহাককী মরুপ থোৎনুদা হৌখিবা থৌদোক অশিং মথং শিৎনা লিখরকই।

XXXXX XXXXX বারীগী মতাং কয়াদা চীং অমদি মেমগী অমাগা অমাগা নুংশিনবা ফোংদোকলিবা খোঞ্জেগী খুৎয়েক অপাবাশিংদা তরু তরু উইহল্লি । মতৌ অসুমনা উপন্যাসকারনা বারী লিশাং চৎথরকপদা ফোংদোকলিবা খুৎফোংদোক মরীক চুম্মি । অদুমনদি ওইরবদা য়ামনা কাহেন্না থংনিংহনবা অমদি পাহননিংবা পোকপগী খুৎই অদু মহাককী অহৌবা পরেংশিংদা য়ামনা রানা থেংনৈ । পাওদম থৈ । বারী লিবগী তোপ তোপ্পা মপুন চেল্লি । যুগ অমিয়কতি মনিপুরী উপন্যাসকী ইতিহাসতা অনিশুবা যুগনি হায়না লৌবা য়াবা মত্তাংনি । মতাং অসিগী ওইনা বারী অমা লানখোকপদা মথং খোইদোকপা কাইহনদনা অহৌবা থৌদোকশিং ময়াইগী অমদি অরোইবগী অসুমনা মরি মরি লানখোকপা চংনরকই ।

অাহ, কে এলাংবগী উপন্যাসতা মশাগী তোপ তোপ্পা খুংলানখোক অমা লৈজে । অকিবা লানগী শকফমগা লোয়ননা পিকলিবা অতাংগী চাওজদ্রবা লৌশিং মপুং ফাদ্রিব লোনচৎ তথক তথক চৎচরিবা থম্মোয় অদুগা অউবা পুম্নমকপু থমনিংবগী ইরাং পুমনমক অমি মথং খোকপদা উপন্যাসকারনা ভাবুকশিংবু তশেং তশেংনা মরীক চুমনা খোকহল্লি । লালনা নৈহৎশিরবা

ইম্ফালগী শকফম উপন্যাসকারনা উৎলি , '' ইম্ফালগী লৈরক খুল্লকতা লম্মী মচা মচাদা সিফাইশিংনা গুরং গুরং চেল্লি লমহাং খরদা কাংবু কাংবু নে পেরেং তৌরি । মফম অমদা দোং দোং নোংমৈ কাপলি , হরাগাড়ী অতৎ অথম নাইদনা চেল্লি । শগোল পরেং মরে পরেং পোৎ পুরি ।অতিয়াদা তেরা মখোল পাইরগুম এরোপ্লেন শংঙু শঙু পাইরি । শিফাইশিংনা অকিবা মশক ফংনা লাওরি , খংহৌদনা বোম পরেং মৈচাক ফনা চাকলি , মৈখু অংসুং মৈরিনা অতিয়া খেৎনা রাংলি । লমজাওদা মুমলকতা নারক মোং-শোংদা অশিবা মীনা লফু মতুপ মতুপ তাবগুম মপৈ মপৈ তারি । মফম খুদিংদা মীকপ মীরাওখোল খোনজেলতনা তারি ।'' লানগী অকিবা শকফমদু মীপুম খুদিংদা তশেং তশেংনা উৎলি । অশিগুম্বা লানগী দৃশ্য [illegible] অসিদা রানা নোমজরগা চরা নোংখন্নরিবা সরত চান্দনী অনিদা নুংশি হৈত্রবা সিফাইশিংগী মীনুংশি য়াওদ্রবা র‍্যাঙাং উপন্যাসকারগী কলপানা শক্তি না ফোংলকই ।'' '' পোৎ অনিসি নখোইনা পুগদবনি, চীং অসি কাখৎলু পুদ্রবদি নোংমৈনা কাপকনি।'' অসিদসু নত্তনা উপুদগী নুংশিবা মুর খোরকপা উরদা অওকপগা লোয়ননা নুংঙাইজবতা নত্তনা করমনা খোরকলিবনে

হায়বা থনজবা ঙমদ্রিবা অঙাং অনিদা সিশাইশিংগী তৌফম থোকপা মথৌ '' কদাইদগী ওয়ারক্লেপনো নখোই অনি লৌনম চাওবা অসাংবনি অনি হাংতোকউ। হাংশা নগুনা নখোইগী দমিন্দ নৈতে।'' অসুমনা লানগী অকিবা শকঙমদা কল্পনা শক্তিগা লোয়ন লোয়ননা য়েকপা উপন্যাসকারগী থুংলানখোকনি। অমরোমদা লৌশিং তাদ্রিবা অঙাং অনিগী বাল্য জগৎ য়েকপদা উপন্যাসকার মশাগী ওইবা থুংলানখোক মরিক চুমনা উংলি। সরত চান্দনী অঙাং অনিনা অমুক হল্লকতুনা মখোইগীদমকতা পিজ পিথক পিরকখিনি হায়না ঙাইবদা ঙাংনরিবা ৱাঙাং ভাবুক থুদিংগী থম্মোয়দা তশেং তশেংনা ফাওহল্লি। '' ঐখোয় ইমানা ঙৌরোক তৌরবদি নখোইগী ইমাদি মুরমগনি। নখোই ইমানা পিনাপু ইল্লবদি ঐখোইগী ইমাদি ফি অঙাংবা ইল্লমগনি। অদুগা নখোই ইমানা হিদাকপু অশাংবকা পাইরগা নবুগা পমলগা ঐখোই ইমাদি হিদাকপু অশাংবগা পায়রগা ঐবু পোগনি। চান্দনী- চুম্মিনে সরত অদুদি ইমা খিরুরসি।'' অসিদমু নত্তনা লান্দা বোম তোপ ঙাংমেনা থুদোংথিবা নংলবা অঙাং অনিনা ঙাংনরিবা অঙাং অনিগী ৱাঙাং ---- '' থংদে তুমিন তুমিন্না লান শোকনগেদি হায়দুনা কৈদৌনবা বোমকা থাদরিবনো, বোম থাদরিসে ঐখোয় তামোখোয় ওইরমগনি। মখোইদি সিফাই ওবুবনিনা।'

মসিগা লোয়না লোয়ননা মতাং মতাংগী ওইনা ফাগি তু গাই তৌদ্না মখোইগী নু ঙাইবা শরুক্তা অপাশিংগী নু ঙাইমিনুবা উপন্যাসকারগী খুৎলানখোকনি। সরতনা লাইরিক তমলগা চান্দনীদা '' উচেক পাইরিব-সি নুংশিই লৈদ্না পাইরিবনি। নুমিৎ তারগা মমলিবশিনা অহিং ওইদ্না তৌরিবনি। সিফাওবা থংদে।'' অসুমনা বারীগী মতাং মতাং খুদিংদা ঙাংনরিবা লৌশিং য়াওদ্রিবা, চাওজদ্রিবা অঙাং অনিগী শকফম য়েকত্না লান-খোকলিবা উপন্যাসকী খুৎলানখোক মরিক চুম্মী। অপাবা খুদিংমু শক্লইনা উহল্লি। পাওদমগী মতাংদা উপন্যাসকারনা শিজিন্নরিবা প্রামান পানথে নু ঙাইনিংঙাইনি।

এল রামসিংগী ' জাৎ ওনবা' দসু বারী বাতাই অমদি থৌদো-ক বুখোককী মথং মনাও কাইহনদনা অহৌবা, ময়াই অমদি অরোইবা অসুম-না মরি মরি লানখোকই। নুংশি নুঙোননা মপুং ওইবা উপন্যাস অসিদা উপন্যাসকারনা মতাং মতাংগী ওইনা মশাগী মত হেক হেক শিদ্না বারীগী শনথুং তান্না চেনথমিন্নে। নবকিশুর স্বামিনী অনিনা শাগে জাৎ থম্লদনা নুংশি লিচিংনো ইথক ইপোমনরকলবা মতমদা উপন্যাসকারগী খোঞ্জেলনা ফোঙলি।'' থনবীমু নবকিশুর অমসুং স্বামিনী মপুনাশিগী নুংশি লানফমদা

সমাজগী লাম্না পাবদা মপিক চারোই হায়নিংঙাই লৈবগে ?''

নবকিশোর যামিনী অনিনা জাৎ ওন্দু না চীং মীগু মনা হাওফি শেংড়ু না ফিজেৎ চাকচা ওন্দু না ব্রালবা চীংমাইদা পাম য়ানবা উরগী অনিগী শক্তমবু অইবনা থাবি । ---------'' ওঃ মতম অদুদা নবকিশোর যামিনী অনিশিবু অউবা শমদি অথংবা কনাগুম্বা য়াওবদা নুঙ্গশিরো-ইদবা করি লৈবগে !? মথোয় অনিগী মরাইবকতা অসুম থোকউ তমথুবো ই-দো সমবা নুমিৎকী মৈশা থান্দুনা লোইবী থমলাং চীংজাওগী নাপোমদা''

ব্রারী লিখরকপা মত্যংদা থোকলগদবা থৌদোকনা হান্না ব্রমাং য়ান-থোকলগা কোন্না চৎথরকপা অসিনা উপন্যাসকারগী থোইব্রুদাকপা মগুননি মচা কাইনবগী মৈশানা ভাওরবী যামিনীগী মামা রাধেগী মদা লাইনিংবী অমনা হায়রকই---

উবনা হান্নি ব্রারিবদো
থললকপগী মতমনা কোন্নি
চখৈথনি অদুম মনাকতগী
পল্লমলোয় কুইনদি মথোইদো ।

কেমখিনি ওনতা মপু নসিদো,
তৎনবা থানবা লৈতনা 'দুম
থমলম্লগা পারী নৱা' মা
লোইবী চীংজাও ' মগী মতোন্দা
তায়গা মপাও মতম' দুদা
কোকনি ইমাগী অৱাবা''।

মতুংদা শ্যামিনী নবকিশুর অনিনা পিকলিবা মচা পুন্দুনা পোকনফম তম্না লাকহল্লি নবকিশুর শ্যামিনী অনিগী পুন্নসি লোয়রমদাইদসু হান্নানা থোকলগদবা থৌদোক পুনসমক মদা উহল্লি । হাওনুবী অমনা মথুংতা কোল অমুবা অমা পান্দুনা ঈশিং শোকলিঙৈদা পাম্বা কৈজাও অমনা শরাক তমহল্লি । হাওনুশা অদুদা অমুক কৈনা চোংশিল্লকপা অকিবা ফংলবা থৌদোক অসিমুক তাইবংদা থোকহন্দুনা নায়ক নায়িকা অনিগী পুন্নসি নৌনা নারক শিংলকতা কেমহল্লি ।

ৱারী ৱাতাই কয়াদা চীংমি তমগী অমগা অমগা নুংশিনবগী মতৌ উপন্যাসকারনা অপাবশিংগী থম্মোয়দা মরিক চুমনা উহল্লি । মতৌ অমুমনা উপন্যাসকারনা ফোংলিবা খুৎথোংদোক মরিক চুম্মী উপন্যাস অসিদা থাইনগী মৈত্রবাকতা চৎমরকপা ফুংগা ৱারী নঞ্জপা চাকওাই ৱারী লিবগী মওং

অমসু হায়রণ চংবা উই । ব্রারী ব্রাতাই শাবগী মতাংদা ঙাংলিবা অমদি তারিবা মী অনি অম্সিগী ব্রাঙাংশিং পরেং অমত্তদা পXXX ব্রারী লিখিবগী পরেংশিং অদুদা চুমনগী ব্রাঙাং ঙাংবগী খুদমতা থমনগা চৎথবা তৎতনা খেংনে । ব্রাহং পাওখুমগী মতাংদা মৈতৈ অশৈবশিং গীX সুর হায়রণ চংবা উই । ব্রারীগী ঈচেলদা খোওয়াং অমা য়াওনা উই চিঠি থাদোক থাজিনগী উপাই শিজিন্নদুনা কিশি নৌনা কিনবা লাকনৈ । অদুবু য়ামদা মাই পাকপা হায়কদি ওইখিদে ।

হিজবা গুনগী ' লমন' উপন্যাসতাদি কিশি কয়াগা লোয়ন না মথং মথং ওইনা খোরকতুনা উৎনবা হোৎনৈ ।' লমন'গী খুনানথোক তোপ তোপ তাই । ব্রারীগী ঈচেল য়াং ই । অপনবা অমদি পাখহননিংবা অমদি মথা থংনিংবগী মওং অমা লৈবা উই । মহাককী খোঝেংগী খুৎয়েক মরীক কিশি অমমমগা লোয়ননা অপাবশিংবু মথং মথং লেপ্পা লৈতনা পাহননিংবা খোঝেংগী খুৎয়েকনি অসিদসু নওনা করিসু লৈত্রবা মরোল থোকএবা শা অমদি উপাল অXX অমসুং মীওইবগী অব্রা অনা কয়াদা শরয়াহন্দুনা থাঙ্গেংবা মীশক অমা ওইনা য়েকপগা লোয়ননা সXX প্রকৃতিগী শকলোন কয়ানা চরিত্রশিংগী মতাংগী অব্রা নুংঙাইবগা য়েকনিবা খোঝেংগী খুৎয়েক মরীক চুম্মি ।

ব্রারীগী অহৌবামকতদা '' ফাইরেল থাগী সু ক্লা মমলবা অহিং মৌপ্পা অমা চেল্লকত্নু না চাজেনবী অমবু পীকলিবা অমক অডাং অমগা হু ইনাও অমগা মাই-কৈ থংদনা নানথোকত্নু না চেনথোকহনখি ।'' হায়না ব্রাহৌ ওইনা অশাবশিংদা করিগীনো কৈদৌরে মথাদা করি লাককদগে হায়বগী কিশি অমগা লোয়ননা মথা পাথহননিংবগী ঈহৌ অমা পোকহল্লি। মথংদা উপন্যাসকারনা য়েকলিবা চরিত্র খুদিং মকপু অশেংবা মীশকু মনা উহন্দু না আদর্শ ওইবা উপন্যাসকী খুৎয়েক , মতমগী মীওইশাগৎনফম ওইবা খুৎয়েকনি । মওং অসিগু মনা মতম অসিদা নৈরম্মাশিং অসি লানথোকপা অমদি পুথোকপগী মিৎয়েং য়ামনা মান্নবা থোকই । মান্নফমসু থোকই যুগ অম তগী ওইবা অদুগা সাহিত্যগী নাকয়েৎ ''মতাদা য়েকলিবা সাহিত্যকারিশিং অয়াম্বনা অসিগু ম্বা মওংদা নৈগল্লি ।

লোলগী মওং :- লোলগী মতাংদস্ অদু মওাই । লোল হায়বসিমক্তবু চাওরাকনা শক্তম অনিদা উবা ফংই ।-----ডানে শক্লবগী লোল অমদি ইবগী লোল । মতম অসিদা লৈরিবা উপন্যাস অয়াম্বা লোলগী শক্তম অনিমিবু য়ারিবমখৈ পুনশিন্নবা অমদি নকশিন্না শিজিন্নবা লাকনৈ । ডানে শক্লরিবা লোলবু ইবদা শিজিন্নদুনা ময়ামগী ওইবা লোলনা সাহিত্যবু অমদি সাহিত্যগী বিধাশিংবু লানথোকনবা কন্না লাকনবনি । ব্রাহ্মে ব্রাতা অমদি ব্রাহ্মে পরেং শেমদোক শেমজিনগী মতাংদস্ উপন্যাসকার অসিগী থোক-থাং অমতনি হায়রা লৌবা য়াই । মৈতৈগী ব্রাহ্মে পুকৈদগী ব্রাহ্মেশিং থন থন্দুনা লৌই । অরিবা ব্রাহ্মে কয়া, অনৌবা কয়া অমা, অমদি লোল শেম কয়া অমস্ শেমদুনা পুথোকপা য়াওই । মনিপুরী লোলগীদমকতা নত্তনা অতৈ নক্ল-বা থোকনবা লোলশিং মরাং কাইনা মৌশিল্লুই । মতম অসিমকতি নোংচুপ-লোমগী চাথিৎপা অমসুং সংস্কৃতি অনি অসিবু য়ামনা ...রকপা মতাংনি । লোলদস্ অপাম্বা লৈরকপা মশানা তাবনি । পামজরবা লোল অমদি সাহিত্যগী মমি শোয়দনা তাফম থোকই ।

উপন্যাসকার শীতলজিৎ বৈষ্ণব ধর্মগী দর্শনবু পামজবা লেখক্কি হমাককী লোলদা ব্রাহ্মে পরেংদা অমদি মাগী খুৎলানখোকতা থোংপা মেংবা অমদি

নংমতাগী

চাং য়াম্না শিংথাবগী মতং তাসি য়াওফম থোকই । ' ইমা 'দা শিজিন্নরম-
লিবা লোল ইচম চম্মী । বৈশ্ণবকী কৃষ্ণ লিলাগী মমি হায়ফেৎ তারবসু ফোং-
দোরকপা লোলগী মতাংদদি তাতোম্পা লোল অমতা পুরুম্বা লৈতনা মথং মথং
পাথনিং বগী ঈহৌ শোকহল্লি। ব্রারী-ব্রাতাইদা ই শীতলজিৎকী তোপ তোম্পা
মপুন অমা লৈ হায়বা য়াই । থোং নৌরবা থমোয়গী কাম্বিন কয়াদা লৈরিবা
তাইবঙ লিচৎকী ব্রাক্ষম কয়া তেন্না তেন্না ফোংদোকনিবা লাকনৈ । ব্রারী
ব্রাতাইদসু নংগুবা নত্তনা লেখকনা ব্রারী মথা লিথবগী মতাংদসু ইদম চমনা
ইরাম্ম লায়না ইতেন তেনবা পরেংশিংদা মরিক চুমনা ফোংদোকই ।
' ইমা ' উপন্যাসকী অহানবা তাঙককতা অসুমনা শিংথারি ,- '' নুমিৎনা
ময়ুম চংশ্রবা কাল, য়ুম থুদিংগী মৈরা হৌগৎনরকপা মতম, মরম ওকপী
লাইনিং চেৎনা খঙলবী য়ুমগোনবীশিংনা শুমাং থেলোং ভাল্লিবী বৃন্দাদেবী
মথোংদা থুপ থাওমৈ থান্দুনা তাইবঙ শেম্মা মবুংতো শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংনরকপা
মন্দির মন্দির থুদিংদা সনধ্যারাতিগী- পুন্নু-শেল অমদি কাংসিগী গোং গোংনা
ভক্তশিংগী থম্মোয় হুম্নমX হুনরকলবা খ্বাইরম্বুল কৈথেলনা ড়ুং ড়ুং
তিংথৎলকলবা মতমনি ।" উপন্যাসকার অসিগী X 'রোহিনী' উপন্যাসসু অইবগী
লোন্দা থোইদোকনা হান্নৈ হান্নৈদু নি। হেনজিল্লকপা অমত্তং হায়বা তারবানা মৈতৈলোন গী

মরিক চুমলবা প্রামান পানথে কয়ানা লৈতেংলবা মৈতৈলোল অমগী শক্তম অ ঐখোয়না উবা ফংই। নুংগী পুনসিদা তাংনা শকনরিবা লোন্দানা মরম ওইবা মৈতৈলোল ওইনবা কন্না নাক্কবা তোকতে। করি করিগুম্বা মতাংদা মীরোলগী বাহৈদি ওইরগা মনিপুরীদা চৎনথুবা মনিপুরীগীমকনি হায়বা য়াররবা ফাওবা মনিপুরী বাহৈদা হনদোকতুনা শিজিন্নগে লাক্কবা য়াওরকই। '' 'রোহিনী' উপন্যাসতা ইবেমহলদা রোহিনীনা অসুম্না হায়খিবা মতাং অমা য়াওই ---

'' ইবেম্মা হঙামদু থমখো, নংগী তাদগী পাওজেল চে-গাদু পানবা তৌরক-খো।''

পরেং অসিদা শিজিন্নরিবা 'পাওজেল চে' হায়বা বাহে অসি খবর কাগজ হায়বা অসিগী অজোংবা মৈতৈলোননি হায়না লৌবা য়াই। শিংথাবগী মতাংদা বাখনগা মান্নবা অমদি মওোন্দা ফাওজরিবা বাফম অদু অপাবাশিংগী মমিৎতা শক্ত শক্ত উবা য়াবগী মওংদা পাওদমনবা লাকনৈ। ইবেমহলনা মওঅমা মঙ্গবু ইচম চমনা অসুমনা শিংথাই।

'' অহিং উন বাইমুক চিকথুবা মতমদা মঙলেমনামেং লেংওকতুনা ইচেমহলগী নুতোন্দা শাদোংলরে। ইচেমহলনা পুক্লিং নুঙাইনা

খু ৎলোন্নদু না নৈগী খু জোক পায়রদু না মংলেমদা খু রুমন্নম্মী। মংলেমনা মহাককী পু জাদা পেল্লদু না অসু মনা য়াথং পিরম্মী ।

ইচেমহল নং ওসিদি ব্রাররিনি কোইরুসি লাও ঐগী নৈবাকতা ।''

ইচেমহন্না মোমোন মোমোন নোকলুহনা খুন্নম্মী----

ইবেম্মা ননাই ঐদি ব্রারকপা কু ইরে নংগী ম্না লৈবাক ফজরবা কুম্মী কালেন থাই-বা মাংম মতেমগী হৈরাং লৈরাংনা অয়েংবা মীগী পু ক্লিং হু রিবা অদু পু ম্না লমদু শামু ক অমু কতা য়েংজরবদি নুংঙাইজনি । অসু মতৌনা উপন্যাসকারগী লোন্দা মতম অদু গী লোন্দানি , ময়ামগী লোন্দানি । মহাকনা রোহিনী দা শিজিন্নরিবা লোল [illegible] অসি অমু ক নু মিদাংগী ভাইহুক নৈতনা শিজিন্নবা লোন'' হে রাধে , ইতৈমনা ফাগী তৌরনিদা '' অসিনচিংবা কয়া শিজিন্নদু না মথা পাথনিংবগী ইহৌ অগা তংতনা পিহল্লি ।

আর, কে, এলাংবগী উপন্যাস য়ৌরকপদা লোলগী মশক থজিক থজিক ওনবগু ম তৌই । অদু মকপু হান্নগী ইচেনগী লিকলমদগী লানথোকখিবদি নত্তে , হান্নগু ম চম্মী পাত্র পাত্রিগী মতু ং ইন্না মওং চান্নুনা ঙাংহনবা অমদি শিংথানবা লাকনৈ । চাওজদ্রিবা, লৌশিং তাদ্রিবা অওাংশিংগী ব্রাখদ গী থোরকপা ব্রাঙাং মখোয়গী চাওজদ্রিবা লৌশিংগী মওাল পু রবা লোন্দা কয়া

এনাংবগী খুৎইদা উই । প্রাধান পানথৈ কয়ানা লৈশি লৈখোনবগী ৱাফমদি মরাং কাম্বিনা উদে । ময়াম্যানা থল্লবা মুগকী হীরম মত্তবনিনা মতম অদুগী সমাজগী তারুবা পদ কয়া শিজিন্নখিদে । ইচম চম্মা লৌখুপ লৌকোয় লৈতবা ৱাঙাংদা ফোংদোবপগা লোয়ননা মথা চৎথনবা নাক্লে । ৱাখলগা ফোংদোকপগী লোন্দাগা চপ চাবী চাংদা পুখিবদি ওয়দে । অদুমকপু চম্মা ফজরবা মওং তয়দি উই ।

উপন্যাসকারনা ইচম চম্মা লোন্দা অতোংপা মীরোল পুশিল্ল-বা তৌদনা মশাগী ওইবা লোন্দা ফোংদোকপুবা হোৎনবনা মপুংনি । অয়ুক নুমিদাংগী শিজিন্নরিবা লোলগা কল্পনা শেম্মা শরত চন্দ্রনী অনিগী ৱারীগা চুশিন্ননা ইবনা তপাবা খুদিংদা ইরায় লায়না থৰবা ওম্মা মওংগী লোন্দানি । খোইদোকনা তওাং ওইরিবা চরিত্র অনিনা ওাংনরিব লোল'' বাজি হায়বদি মকোক্তা মম য়াম্মা হৌবা ফৈজোমগা শেৎপদুনি, অদুগা পাবুং হায়-বনা মকোক্ত শম থজিকতং শাংনা হৌবা লাইনুংদা চংবদুনি ।'' মখোয় অনিবু ' ময়াম্বা মপা লৈজদবীগী মচা' হায়না লক্লবা তারগা ঈশ্বরদা মখোয়গী অশেংবা মমা মপা থংহনবিয়ু হায়না হায়জরম্ম X হায়জহল্লি X ।

অশেংবা খুদ্ৰবদা অনিগী মফমদা ফোংলি-- '' লাইনা শাওরমলগনি পি তাদনবা ঐখোয়গী মিৎয়ে শেং না তৈথোকলসি , অদুগা তুমিননা ফমদুনা অয়ুক নৈরক্সি অদু ওইরবদি লাইনা শোয়দনা হায়ুরকলগনি ।'' অসিদসু নতনা প্ৰেমী প্ৰেমিকা অমা ওইনা ভাংনরকপা মতাংদসু ইচম চম্না লোলতনা মপুং ওইনা টিৎলকই ।--- '' শরত লমসিবু করি কৌবগে ?

চান্দনী:-- খংনা খংনা খংদবা লম কৌই ।

শরত:-- অও কৌরম্না তারে, লমসে অসুম মাল্লক্কে ।''

অসুমনা ইচম চম্না লোলতনা মপুং ওইরিবা উপন্যাস অসিনা হেন্না চমমনখিবনা অশোনবা মতাং কয়াসু য়াওরক্তবা নত্তে । অদু মকপু লৌশিং তাজদ্ৰিবা অওাং অনিনা ভাংনরিবা লোলনা নীথরকলিবা ব্ৰারীগা হেন্না চুনহনখিবনা চম্না ফজবা লোলগী থাকতা চপ্পনিংঙাই নৈতবমক্কি ।

এল রামসিংগী লোন্দাসু অসিমথাই । রামসিংগী লোন্দা হেন্না চম্মী হায়রম্না য়াবনি, অদুবু মীরোলদগী লৌশিল্লুবা ব্ৰাহৈ ব্ৰাতোনা অমদি প্ৰামান পানথৈ কয়া নিংঙাইবা নৈতনা শিজিন্নবনা মহাককী লোন্দা অসি খজিক লুহন্না থোকই । অদু মনদি ওইরবদা মনিপুরী সংস্কৃতিগা ইরোম্নরকলবা

লোন্দাগী শক্তম অমদি উবা ফং ই ।'' কনা কনানো ? ওসিদি এখোয়গী x পনখোংদা মতম চাদনা লৈরিবা'' হায়দুনা তা খৌশান্নদুনা নবকিশ্বর অমসুং যামিনী মখোয় অনিবু তম্না চেনশিন্নরকলম্মী ।'' অসিগুম্না পরেংশিংদাxxx চীং অমসুং তমগী সংস্কৃতি মশক তরু তরুনা তাকপা ব্রাহে ব্রাতা কয়া তত্তনা খেংনৈ । রামসিংগী লোন্দাদা অইবগী নাকয়েৎকী মমি কয়াসু শমলপনা উবা ফংই । মতম অদুগী মফম কয়াদা মান্নদবা মওংদা শিজিন্নরম্মা, তৌবগীদি x xxxx পুমনমক্না লেপ্পনা খংনবালোন্দাপু দাসু রামসিংদা চং ই ।

উপন্যাসকারনা মেনরিজমগী ব্রাফমসু ব্রাংনা থাঙৎপদা খোং-লিবা লোলগী মওং অপাবশিংবু মিনুংশি ফাওহনবতা নত্তনা খৌদোকশিংবু মিৎতো শও শও উহল্লি। মতম কুইনা পোকুফম লমদম থাদোকলুরবা নায়ক নায়িকা অনিনা তমদা লাক্তুনা মখোয় মখোয়গী অদুনা xxx অহল লমন উন্নরমলবা মতুংদা লোইবী xxx চীংদা অমুক হনখিবা তারবদা অইবা রাম-সিংনা শিং থারি ।

'' অওকপনি । মৈতৈ সমাজগী কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তগী লমদম তামনা পাইখোকখ্রবা তমগী পোম্মী চেক্না পক্তিরমদাই মতমদা মক্সুম কোন্না চাকতাখিবা কনাগী xxxx খম্মোয় কাইদনিংঙাই ওইবগে তাইবংও! ।''

'' অদু গা মতম অদু য়াওশংনি হায়দু না লৈরক শোরোক ফুন্না পাখং লৈশাবী মৌনচিংবা শঙ্গু শঙ্গু চৎপা উবদা মখোয় অনিগী হৌখিবা যৌবনগী মনিং মথা ওমনা হরাও কুম্মৈ হেক হেক খোরকপা থুদিংদা মরেং মমান্নবা শঙ্গু শঙ্গু চীন্নদু না নুংঙাইমিন্নরুপা পুমনমক অদু নীংশিংদবা ওমলমদে অমমুং মখোয়গী মপুক্কিং অদু দা হান্নদগী শরুক চামা হেন্না নুংশিরকপা পোকখিরম্মী ।'' মতৌ অসুম্না উপন্যাস কারনা মহাকব্বী উপন্যাসতা ফোংলিবা লোল থুদিংমক্তা অপাবশিংনা বু মিনুংশি পোকহনবগা লোইননা চরিত্রশিংগী অবা নুংঙাই কয়াদা শরুক য়ামিন্নহনবসিনা উপন্যাসকারগী খোইদোকপা মগুননি ।

হিজবা গুনগী মতম য়ৌরকপদদি লোলগী মওং চাওরাকপা শক অমা ওন্নকই হায়বা য়ারে । গুনগী থুংইদা মাগী লোন্দাদা মশাগী তোপ তোপ তোবা লোন্দা অমা উবা ফংই । তাংন শক্লবগী লোন্দানা হৌখিব উপন্যাসশিংদগী হেন্না নকশিন্নবগী মওং লৈ । য়াম্নমক নিংখিজবা লোন্দামক্তি হায়বদি য়াদ্রবসু মহাকব্বী মুগ অসিদা ময়ামগী ওইনা শিজিন্নবা লোন্দা — উবদি ফংই । মরম অসিনা লোল লোনশেমনচিংবদা মশাগী ওইবা তোপ তোংপা

শক্তম অমদি খোথোং খুদিংদা উবা ফংই । থয়োয়দা ফাওবা হিক হৈনা কংপা অসিনচিংবা পদ কয়া মশাগী ওইনা শিজিন্নবা থেংনৈ ---'' পোম্বী চেক্লা কয়ানা হরাওনা ঈশৈ শকলম্মী । অবা কোঙ্গাই কোকনিংঙাইনি । ম্রৌইগুম্মুং তমুবীগী থয়োয়ইদা ফাওরুবা ওমখিদে । থাইনা মৈশা লাকলবীনি হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লবীনি, চাদ থকত্রবীনি'' অদুগী মথকতা মিপাই খি-বীগী ওমখৈ লৈত্রবীনি, নিংখিরবা মহৌশাগী শকফম অদু উরুবগা মমিত্তু ইরা চেল্লম্মী , হিক হৈনা কপখ্রে ।'' পুন গী তোপ তোম্পা মপুন অমনা হৌখিবা মতমগী মৈতৈলোল অমদি হৌজিককী মতমগী মৈতৈলোল অনি অসি নিংখিনা যাইশিন্নবা লাক্লে । ঐতিহাসিক উপন্যাসমক্তি নত্তে অদুবু হৌখি-বা ইতিহাসকী লমাই থরদম্বিগী লৌখৎলকপা যৌদোক বাখোক থরদা য়ুমফম ওইবা হীরমনি । মহাককী কল্পনানাপাক চাওরবা মফম কল্লবসু হৌ-খিকা ইতিহাসকী ব্যবহার থরদি থম্মী । লোন্দা পুদাদা হায়রিবা ব্যবহার অসিমক থরগীমখৈদি উই । ময়ামগী ওইবা প্রামান পানখৈনা লৈতেংবা মৈতৈলোলগী মওং অমা উবা অদুমক ফংই । মাসিগী মথকতা চীবুরোই অমদি তমবুরোই অনিগী অপুনবা লাংদাই অমা মহাককী লোন্দাদা উই । লাংদাই অসিনা কা হেন্না নুঙাইহনবদি ওমদে অদুবু চীং তম পুন্না লৈমিংবা

নৈমিন্নবা মৈত্রবাককী লোল অমদি খরদংদা ওইরবস্ মশক তাকপা ওম্মী । ----'' ফরে খুনজা য়াংলৈ মমল হায়য়ু' করি খুন্দা লৈবনো ইশা ওাইব অদু বু '' । অসু মনা উপন্যাসকারনা মহাককী ' লমন'দা শিজিন্নরিবা লোলগী মওং অপাবশিংনা হেক পাঙবদা লায়না খংবা ওম্মা ইচম চম্মা লোন্দানি । অতোপ্পা লোল, হিন্দি, সংস্কৃত , বেঙ্গোলি অসিনচিংবা লোল কয়া শিজিন্নবগী মচুংতো মশাগী ওইবা মওংনা মপুং ওইনা শিজিন্নবনা মরিক চুম্মি ।

-------------

--পনথুঙ্:-- সাহিত্য খুদিংমককী অককনবা নত্রগা মপান লাকপা পনথুং অমদি শোয়দনা লৈফম থোকই । সংসার অসিদা চংথরিবা থৌরম নত্রগা থৌরাং খুদিংমক পনথুং অমমম লৈবা তাবনি । হান্নানা খুন্না নত্রগা খুন্দবনা ৱাফম অমনি । সাহিত্যগী মতাংদদি বিধা খুদিংমক্তা 'সত্যম্ শিবম্', সুন্দরম্' হায়রিবা কাঠিন ৱাংথে অন্তুম অসি খোঙথাং কয়াম্ কুম ইরোম্বনা হৌরকপা লমেল নিনা পনথুংদসু হায়রিবা কিন্দু ৱাংথে অন্তুম অসিগী মনুংদা লৈবা তাবনি । সাহিত্যগী বিধা খুদিংমক তাইবঙ্গা মরি লৈন্নে । তাইবঙ লিচৎকী কায়াশিংগা তৎন থান্নবা য়াদ্রবা মরি অমা লৈ । সংসার অসিদি ললাই কয়াগী অপুনবা ফেন্নানি । ললাইগী মখো কয়াম্কা লোয়নবা অপুনবগী ওইবা লমেল অমসুং লমথুং শোয়দনা লৈফম থোকই। ললাই ময়ামনা পুন্নগা ওইথিবা সমাজবু মশাদগী য়েংদুনা মিরাইফম থোকতে । অদুনা সমাজগী ওমথে কয়াবু খুন্না নত্রগা খুন্দনা কোনশিনফম থোকই । অদুনা সাহিত্যগী লমেলগা ললাই অমসুং সমাজগী তোপ তোপ্পা ৱাথল অমা লৈবা তাবনি । সাহিত্যকারশিংনা মথোয় মথোয়গী খুৎইদা লমথুং অমা

তশেং তশেং উৎলমদ্রবসু মখোয়গী খৌরাং অদু দা ফু মদু না থমলম্মী
হায়বস্মিদি শোয়দ্রবা ৱাফমনি। up to this

উপন্যাসকার শীতলজিৎনা সমাজবু উখি, অমদি হাকথেংনখি।
মরম অসিনা আদর্শগী তোপ তোম্পা খোনজেল অমা মনুংদা তারকখি,
খল্লকখি, 'ইমা, করম্মী নুপীবু ইমাগী থাকতা থমগদগে' অইবগী পাওজেলনি।
মমাতোগী ঈচেল্দা নুপাতু না লৈরিবী অপোকপী, চয়িনবী অনিমক ইমানি
মচানীদমকতা ওইজ ওইথক পুমনমক থাদোকতুনা লৱাই কোইরেল তাকবমথৈ
ৱাজরিবী মমা অদু অশেংবা মমানি। সমাজ অসিদা নত্রগা জগৎ অসিদা
থা তরা নাওপুদুনা ৱানা হৌজরকলিবী, মপুনসিদা মচানীদমকতা থন-
বদা মশাগী অৱা নুংঙাই পুমনমক কাওজরবী ইমাগী মফমবু অৱাবা
থাকতা থাংতুনা পুমনমককী মফমদা উৎলি --- 'ইমা'।
অমুম তৌনা অইবা মশামককী : '.রোহিনীদা'' ৱাফম অসিমককী তোপ
তোম্পা শকতম অমমং মমাগী মফমদা লৈবা মমাতা অদু নাওয়োকচরিবী
মচেম অমগী মফমদসু শোয়দনমক লৈ হায়না অইবনা থাজে।
অশেংবনি নুংশিবগী শক্তম অমা ওইনা মমা মশাগী নুংশিবা হায়বসিসু —
ঈশ্বরনা পিনরকপা মনাশিংগী মনুংদা অমনি। ওইজবা খিদে, কান্নবা

য়েংদে । মমা মমাগী মফমদদি তোং বা, মাং বা, কল্লকপা, য়েংখিবা, মিহৌবা করিম্ম ফাওদে , মচা অমগীদমক্তা দি অককনবা মচাগী ম...দা লৈরিবা নুং-শিবা অমিমক পু মনমককী মফমদা লৈবা তারবদি কয়াদা নুংঙাইখ্রবা সংসার অমা ওইগবা । বিশ্ব শানতি অমদি একতাগী বাফম অসি মণ্ডলান ওইনা থোক-লয়োই ।' রোহিনী গী পাওজেলনি, অইবগী অপাম্বনি ।

আর, কে এলাংবগীমরূপ অনি' দা অইবনা, লালনা নৈহৎশি-ৱবা শিকলবা থয়োম্বা অনিবু নৌহৌননা শিং থারখি । সংসার অসিদা মীকুপ খুদিংগী খেং নরিবা মপানগী লালওং অসিদা নওনা তাইহাকতা লেপ্পা লৈব্রবা পুনসিগী নুংগী লানজং অনি অসি ময়েক লানা উৎলি । অশেং বা থৌদোক ৱাথোকনা য়ু মফম xxxxx ওইরগা মশাগী অনুভব অমদি কপানা না থৱাই হাপতুনা নৌনা শাগৎচবা থয়োম্বায়গী তাংথক নাইদনা চিং শিল্লকপা মতমগী মল ময়েক লানা উৎলি । অশেং বা লানফমনি । লালফম অসিদা মাইথিরে মায়না য়াজবা লানমীশুম মমাগী লৈখিবা মরূপ অনি নত্তে । নীংহল্লগনবা লান্মী নত্তে । খুদোং খিবা পুমনমক য়ামনা থাজনা অমদি ইচং থৌনা মায়য়োক য়াবগী পাওজেলনি ' মরূপ অনি '। তাইবঙ পুনসিদি শানতি নত্তে,

লানজাওনি । নুপিং ই খুদিংগী থেংনরিবা লানজাওনি । লানজাওসিদা ইচং থৌনা
চংশিনবা অদুগা, অসিদা শানতিগী মশক উবা ওমনবা হোৎনবা অসি মরূপ
অনিনা হোৎনরি ।

এল রামসিংগী '' জাৎ ওনবা ' উপন্যাসতদি সমাজগী
সমস্যানা মরূপ ওইবা উপন্যাসনি । নুংশিবা ঈশ্বরগী মনানি । জাতি বিজাতি
অক ফত্ত লাইর অনও মথোন্দা চংদে । তোইগু মুসুং সমাজ । সমাজ । অসি-
দদি ওক্ল ওক্লবা চংনবি কয়া মশা মরোং কয়াগা লোয়ননা হৌগৎলরি ।
বামনগা মৈতৈগা লৌনবা য়াদবগী চৎনবী ওসি ওরাংগীত ওইবা অথিংবা নত্তে;
নুংশিবনদি মসি খদে । অদুগা নুংশিবা অসিমকতি মীওইবগী চাওরবা
ঈশ্বর মহাকনা পীনবীবা গুন অমনি । মৈরিনা মিচং মিথায় নাইদবগুম
নুংশিবনা সমাজগী কয়িগুম্বা মকম অমদা মিচং মিথায় নাইবগী মিৎয়েংনা
য়েংথিদে । মতম পুমনমকতা থম্মোয় খুদিংমকতা মশক অমতা ওইনা লৈরবা
নুংশিবা হায়রিবা গুন অসিদগী চৎনরকতবা অথিংবা কয়া উন্নরকই ।
অথিংবা অসি অইবগী কলমনা শেনথিদে । চৎনবীগী থাজবসু ওমদা, নুংশিব-
বু ব্যবহার তৌবসু ওমদা, অনিগী মরকতা লৈবা মুক্কবা নত্রগা চিংনবা অমদগী
থওনা নত্রগা খওহৌদনা থোরকথি ' জাৎ ওনবা ' । নুংশিবগীদমকতা জাৎ

ওনবা তাই ; ওনবা য়াবা জাৎনি । অদু গা নুংশিবদি ওনবা য়াদে ।
মফম থুদিংমকতা মতম পুমনমকতা মশক ওন্দ্রবা পুমনমককী মফমদা চপ
মান্নবা লৈরবা নুংশিবদি ঈশ্বরগী শক্তিনি , অচুম্বনি । অচুম্বা অসিগী
লম্য়েলদা জও ওইনা খোক্লবিবা সমাজগী জাতি থায়বা, জাতিশিং অসিদা
অপনবা মথং মথং পীবা অদুগা অপনবা অসি করিগুম্বা মওং অমদা
নত্রগা অমদা ফুদোক্লব নত্রগা মাংহনবা লাক্লবসি জাৎ ওনবগী শামজবা
পান্দম্নি । মা অমগা অমগগী মরকতা লৈবা নুংশিবগী মরি অদু
জাতি খেন্নবগী অপনবা খিংবা ওম্যোই। জাৎ ওনবগী চেৎলবা পাওজেলনি।
সমাজদা মখোয়গী মফম ফংদবা য়াই । তাইবংদা মখোয়বু মীরাইবীবা য়াই
অদুবু নুংশিবা মগাক্লদি মশাগীতা মশাগী ওইনা শোয়দনমক লৌশিনগনি
হায়বসি জাৎ ওনবগী থাজবনি ।

হিজবা পুনসী ' লমন ', তোল্লবা লমননি, শিংগদবা লমননি, থুমগদবা লমননি । চীং অমসুং তমগী মরকতা লৈনবা নুংশিনবা চান্নবা অমদি অমতা ওইবগী মরী অসিবু মতম পুমনমকতা থম্যোয়গী ওইবা কল্লবা নংলা অমনা পুন্দ্রনা থমুগী রাফম অমা য়াওরি । য়াথার্থগী ওইবা - খৌদোক, রাখোক য়েক্লপা আদর্শগী করিগুম্বা লমজিং অমদা লিরী খোইরীনা চৎথবগী লমথুং অমা নৌহৌনা য়েক্লই । মৈত্রবাকপু মীরেবাক মচাগী

খুদ্‌মদগী কন্নবা লাকনরি পুন গী ' লমন ' না।

অসুম তৌনা মতম অসিদা লৈরম্লা উপন্যাসশিংনা অপুনবা অমসুং ননাইগী ওইবা য়াইফ গৌরম কয়া অপান্নুনা নত্রবসু নাকোইননা পাংথোক্লবা লক্লরি। সমস্যা কয়া ননাইগী অমসুং অপুনবগী মরম কয়া, পামদবা চৎনবী য়েXX কয়া, মখোং কতবা লিচৎ কয়া, শাকতকননা মুথৎনবা লাকনরি। মতম অসিগী উপন্যাসকারশিংগী চাওরাকপা পান্দমনি হায়না থাজবদা কায়মনবা থোকলোই। মতম অদুগী ওইনা চৎনরম্লা অমনা উপন্যাসকারশিংনা থম্মোয়গী ওইবা বাকয় অসি য়ামনমক শায়জনা অমদি হৈনজনা লৌনখি। মনোবিজ্ঞান অমদি লৌশিংগী ওইবা শিরম কয়া কোনশিনবা তৌনদে। তৌবগী মরমদি সাহিত্যগী ফেত্র অসিমক মনোবিজ্ঞানগী ফেত্রনি হায়বা তাবনি। শম্লা হায়রবদা জগৎ অমদি সমাজ অসিদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা মীরমচৎ অসি মনোবিজ্ঞানগী মু মফমদা নিংথিনা য়েকথোকনবা লাক্লখিবা সাহিত্যকার ওঅক্তনি। অদুগা পুন্সি অসিবু কান্নিন কয়াদগী য়েংলকপা উপন্যাসকারশিংগী লিরী থোইরীবা মিৎয়েংনি হায়বা তাই।

লোইরবা

-----

মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ——


১. মৈত্রবাক . . . . . . . নন্দলাল শর্মা।

২. মৈতৈ উপন্যাস . . . . . . . . . . মীনকেতন।

৩. সাহিত্যগী নৈনবা রারেং থবা . . . . . . . চন্দ্রমনি।

৪. History of Old Manipuri Literature. . . . . . . . N. Khelchandra.

৫. An introduction to the study of Literature. . . . . . . . . W. H. Hudson.

৬. Poetics —— Aristotle . . . . . . . Humphrey House.

৭. Aspects of Novel . . . . . . . . . E. M. Foster.

৮. Principles of Literary Criticism . . . . . . I. A. Richard.

৯. Encyclopaedia Britannica . . . . . .

১০. মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, কলচরেল ফোরম অমসুং অতোপ্পা সাহিত্য সংস্থাগী চেফোংশিং।